# মহাত্মা-গান্ধী



মহাত্মা গান্ধী নোংচুপ থংবা ভারতকী পোরবন্দর হায়না কৌবা লৈবাক্তা খৃঃ ১৮৬৯ গী ওক্টোবরগী তারিখ ২দা পোকখি। মহাক্কী মমিঙ্ মোহনদাস করমচাঁদ খোনখি। মহাক্কী মপা পোকপা মপুম্না পোরবন্দর লৈবাক্কী মন্ত্রি ওইরম্মী। মাবু পোকপা মপা কাবা গান্ধীসু রাজকোট অমসু কাথিয়াওর লৈবাক্কী মন্ত্রী মকোক ওইরম্মী। কাবা গান্ধী লাইরিক ইবা পাবা হৈরমদে। অদুম্মদি ওইরগা মহাক্কী হৈশিংবনা লাইরিক হৈতবদু লায়না কুপশিনবা ঙম্মী।

মোহনদাসকী মমা পুত্লীবাই ধর্ম্মবু লুনা চেকশিন্না তৌবী হিন্দু নুপী অমনি। গান্ধাগী তুংগী ওইরক্নবা, ধর্ম্মদা মায় ওনশিনবা, পুকচেল শেংবা, অতোনবা জীববু নুংশিবা অমসুং মীনুংশি খঙবা গুণ পুম্নমকসি মমানা অঙাং ওইরিঙৈদগী নিঙথিনা তম্বীরম্মী। মহাত্মাগী মমা পুত্লীবাইনা মতম অমদা নুমিৎ হেক উত্রি ফাওবা করিসু চারোই হায়না অকরুবা নুমিৎ থর রাশরুম্মী। মতমদু নোংজু থাগী থায়াই চনবদনি। নুমিৎ মশক হেক উবগা অঙাংশিংনা মাগী নাক্তা চেনশিল্লকতুনা তাক্লুম্মী। করিগুম্বা মানা নুমিৎ উহৌত্রবদি, "ঈশ্বরনা ঐবু চন্না হেন্নু তমখ্রবনি" হায়দুনা করিসু চাদ থকুনা লাইগী মিংথৈবু শোন্দুনা মতমদু লেপ্পোকলম্মী।

অঙাং নন্না ওইরিবৈদগী মোহনদাসসি অনিংবদা লাইচুবা অমসুং নিংখিবা থবক্তা হনবা লৈতবা খুদম য়াম্না উৎখি। মহাক করিগুম্বদসু মীনম্বা ৱা ভাংখিদে। গান্ধী হায়বা শাগেসি বৈশ্যগী মমুংচনবা লম্লোনবা কাংবুনি। নহা ওইরিবৈদগী গান্ধীগী পুকচেল্দা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি-বৈশ্যনা অতোনবা জাৎ শুদ্রবু তাথীনা তৌবা; শোক্লবা পম্নবা তৌবিদবসি য়াম্না মুংঙাইতবা অমা ওইনা থোকখি। নোংমদি হরিজন অমবু মার্না চেনশিন্দুনা শোক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মতম অতুগী চৎনবী, হৌনবী মতুংইন্না মাবু শেংদোক খোৎতোকপদি তৌখিরমদে। মহাক্না চহি ১২ শুরকপা মতমদা মপুক্লিংদা শোক্ল পম্না য়াদবা অতোনবা জাৎ-শিংবু শেমগৎকে অমসুং সমাজদা তিন্নবা য়ানবা হোৎনগে হায়না ৱাশক্লম্মী।

অঙাং ওইরিবৈদা ৱাশকখিবা থবক অদু মহাক্কী মতুংগী পুন্সিদা চপচানা পাইখৎলম্মী। থবকসু মহৈ য়ানখি। মোহনদাসনা চহি তরাহুমদোই চংলকপদা লেংগা ওইবী কষ্টুরিবাই কৌবী লৈশাবী অমগা লুহোংখি। লুহোংবা মমিং অদু ইমুংতুদা লুহোংবা অহুমথক ফাংনরম্মী। মাগী ময়াম্বা অহননে অমসুং মখুরানা পোকপা মচিন মনাও থোকপা অমনে লুহোংলম্মী। চহিদি মখোয় অহুমগী মমুংদা গান্ধীনা ইতোন তোংলম্মী। মহাক্কী মুপী কষ্টুরী পুকচেল তপ্পী, মপুরোইবা লাইগুম্মা নিংবী মুজা অমনি। খুদোংথিবদা অমদি কুইনা কাইনরবা ফাওবা কষ্টুরীবাই মপুরোইবগী মতুং ইনবী অমসুং পুন্সিগী লোইনবী,

অন্না-সুংঙাইবা চপ মাননা শরুক লৌবীনি হায়বত্থু উৎখি। মপুরোইবনা পাংথোক্কে হোৎনবা থবক্তা খৌজিনবা অমসুং তেংবাংবনা মহাক্কী পুন্সিগী ব্রত ওইরম্মী। মহাকনা করিগুম্বাদা অপনবা অমত্তা পীরমদে।

গান্ধী শাগৈসি মপামপুদগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মন্নুংচনবা জৈন ধর্ম্ম চৎপা কাংলুপকী মন্নুংদা পোকপনি। মখোয়গী কাংবুদি নিরামিষ চাত্নুনা হিংবনি। শা, ঙা চাবা মখোয়গী ধর্ম্মগী য়েক্লবনি। অথোইবা চিঙ্গাক্তি মনামশিং চাবনা মখোয়গী অরেম্বনি। নোংমদি তম্মিন্নরিবা ছাত্রশিংগা শা, ঙা চাবগী মরমদা মরৈ য়েংনখি। য়েংনবমখৈ য়েংনরগা কাইনথংদদি মত অমত্তা ওইনা মখোয়না মথাগীশি লেপ্পরম্মী— "সাহেবশিংনা শা, ঙা চাবনা মপাঙ্গল কল্লিবা অমসুং মথৌনা লৈরিবা। মখোয়না লৌশিং য়াম্না শিংত্নুনা পৃথিবীগী অয়াম্বা শরুক মখোয়গী মখা পোনলিবনি। চাওখৎপগী থাক য়াম্না হায়গৎলিবসি মখোয়না চারিবা চিঙ্গাক্কগীনি। মখোয়না তুজুংদা অকীবা লৈতনা লাপথুবা ইউরোপতগী লাক্লগা ভারত্তা লাক্নুনা লৈবাক ঙাক্লরিবসি শা, ঙা চাবগী গুণননি।" মখোয়না থন্নখিবা রাখল্দু থাজবদগী গান্ধীনা মরমসিগীদমক—শা, ঙা চাবা তাখি। মরম অমনা মীখা পোল্লবা ভারর্তপু নিংতম্নবা; অমনা মহাক্কী হকচাং য়াম্না ফত্তে, শোনলি হকচাং ফহনগে হায়দুনা তুংদদি শা-ঙা চাবনা হেন্না ফত্তবনি খংলকত্নুনা চাবা তোক্লম্মী।

মতম পুন্নমক্তা গান্ধীগী মশামক সত্যাগ্রহী অমনি হায়বসি

মহাক্না থাজরম্মী। মহাকনা চিংনবা করিমত্তা লৈতনা "অচুম্বা" হায়রবা ধর্ম্মসি মীওইবগী হৌরকফমগী মরুনি; অচুম্বা ধর্ম্ম হায়বা গুণসিদগী হেনবা গুণ অমা লৈতে হায়না লেপলম্মী। অসিগুম্বা অচুম্বা গুণসিদনা মীওইবগী তাঞ্জবা অমম্বুং চাওখৎপা লম্বীদা পুরক্রবা খ্বাইদগী ফবা খুৎলাইনি। মী খুদিংগী মশাদা অচুম্বা গুণসি লৈনবা থরাই হকচাং য়াওনা হোৎগদবনি হায়রবসি গান্ধীনা নহা ওইরিঙৈদগী কন্না থাজরম্মী।

মীনম্বা অমম্বুং লৌনম্বা হায়বসি ঈশ্বরনা মীওইবগী মাংনবা শেমলকপনি। তাইবংমীবু মাংহন্নবা অমম্বুং চোপহন্নবগীদমক্তা মীনম্বা খুৎলাইসি লাইনা মী খুদিংদা পান্নবা থারি। করিমুক হায়গনি অচৌবা ফমনাইবা অমম্বুং নিংথৌশিং কাওবা মীনম্বা অমম্বুং লৌনম্বা লাংদগী থক লানথোকপা ঙম্মদে। খ্বাইগী তমজনফম ওইরিবা মী কয়া কয়া খুৎলাই অনিসিদগী মাইথিবা ফংহ্নুনা লৈখা তানা মাংখিবা য়াওনরি।

তৌইগুম্বম্বুং গান্ধীগী হকচাংদদি মীনম্বা অমম্বুং লৌনম্বা ল্যাইথুং অনিসি চংবা ঙমলমদে। মহাক্কী মশাদি সত্য (অচুম্বা) মপুংফানা লৈতেংলম্মী। মহাক্না করি করিগুম্বদা মীনম্নগা শুদোংচাবা ফংগনি খংলবস্তু; খংনা, খংনা মীনম্ববু ওম্থোক্না তুক্কচনা নিংই।

গান্ধীজীনা লাইয়েংবগী মহৈসি য়ামনা পাম্নম্মী। ইংলণ্ডদা আইন তম্বা চংকদবা মতমদা মানা আইন তম্বগী মহুক্তা লায়েংবগী মহৈ তমজগে হায়না মাগী মত পীজরম্মী।

তৌইগুদবনি ডাক্তর তংউ হায়রবা কনামতনা য়াখিরমদে। মরম অহুনা মহাক্না মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা মশাগী চহিনা তরাজরেং গুমদা ইংলণ্ডদা আইন তম্বা চংলম্মী। চংলমদাইদা মমাগী মমাংদা মমানা পাম্বা মথাগী রাশিং পন্দুনা রাশক্লম্মী :— "ঐহাক সাহেবকী লৈবাক্তা লৈবা মতমদা শা চারোই, য়ু থকলোই, মেম সুপীশিংগা ভিন্নখোংনহুনা অকে-অমোদা লুপ্লুনা লৈরোই, মতম পুম্নমক্তা ইমা লৈবাক ভারতপু কাউরোই।" মহাক্না আইন তম্লবসু মহাক্না পামজবা লায়েংবগী বিদ্যাদু থাদোক্লমদে। মহাক্না ডাক্তর তম্বা গুমদ্রবসু মুষ্টি যোগ তম্লম্মী। ইমুং মনুং, মকপ-মপাং অমসুং মশামক লাইয়েংহুনা মানা খংজবহু চং য়েংলম্মী। থাজবদগী অমসুং লাইগী থৌজান্দগী মহাকী সেবা অমসুং লাইয়েংনা অনাবা পুম্নমক নাবা ফখিরম্মী।

থা অফ্রিকাদা লৈরিভৈদা প্লেগনা নাবা মী অমথক বাপুজীনা য়েংহুনা ফহল্লম্মী। খরগী মতুংদা কস্তুরীবাই য়াম্না কম্না নাখি। বাপুজীনা ডাক্তর কৌদনা মশামক্না মুষ্টি যোগ লাইয়েংদা মতুগী লাইনা য়েংলম্মী। লাইয়েংহুগী মপান্দগী মতুগী, মশা মতম খরগী মনুংদা নিংখিনা ফরম্মী। থৌদোক অহুদগী বাপুজীনা নেচরপেথি লাইয়েংশিদা য়াম্না থরাই য়াওশিনবা চাং য়েংশিনবা হৌখি। হিদাকী মমল তিংদনা য়েংবা নেচর পেথিসি চাউখৎনবা অমসুং মাগী মগুণ ময়ামহু মীয়ামদা খংহননবা লম্বোক্লম্মী। বাপুজীনা লৈবাক, ঈশিং অমসুং মুংশানা লাই-য়েংবগী লাইরিক কয়ামুক ইখিহুনা ছাপা নমখোক্লুনা ফোংবিরম্মী।

বাপুজীনা বিলাত লৈবাক্তা মহৈ তম্বা চৎলমদাইদা অপোকপী মমা পুত্লীবাই পুক্লিং থুংনবা কনাগুম্বা জৈন লম্বোইবা অমগী মমাংদা ৱাশকখিরম্মী। মদুদি— "মীরৈবাক্তা লৈরিঙৈদা শা চাবা অমস্তুং অতোপ্পা মুপী নহাদা ফাগী জুগাই তৌদুনা মতম লেনবা অসি তৌরোই হায়না।" মমাগী মমাংদা ৱাশকখিবশিংদু বাপুজীনা য়াম্না নিংথিনা ঙাকলম্মী।

ছাত্র ময়াম্না লৈবা মফমদা বাপুজীনা লৈবদা মহাক্কী য়াম্না থুদোং চাদবা অমা ওইরম্মী। ময়ামগা মহাক্না চাবা থকপা অমস্তুং লমচৎ ব্যবহার য়াম্না থেম্নরম্মী। ময়াম্না শা-ঙা চাবা অমস্তুং অকে অমৌদা লুপ্তুনা লৈবদু বাপুজীগা ওম্নৈতেনবা অমা ওইনা থোক্লম্মী। মতম অয়াম্বদা বাপুজী মমাগী য়াথং ঙাকপদা চৱা হেনবা তারম্মী। মমৈথংদা মশা মতোমত্তা লৈনবা কা অমা ফংজরম্মী। মতোমদা মখুৎনা থোং থাক্তুনা চান্দবা থোরাং তৌজরম্মী। মানা ষ্টোভ অমা দুকান্দগী লৈদুনা মখুৎনা থোং থাকতুনা চাজরম্মী। য়াম্না চেকশিন্না মুমিৎ খুদিংগী শিলিং অমা পেণি অহুম হায়বদি লুপা অমনা লেম্নবা হোৎনরম্মী।

বাপুজীনা ভারত্তা লৈরিঙৈদা শ্রীমদভাগবত গীতা নিংথিনা পারম্দে। বিলাত লৈবাক্তা আইন তমলিঙৈদা গীতা পাবা হৌরম্মী। মমৈথংদদি গীতাসিমক মাগী খ্বাইদগী পামজবা লাইরিক ওইনা হৌখিরম্মী। মহাক্না গীতাবু তাইবংপানবগী অচুম্বা থিবগী লৌশিং জ্ঞান ফংফম ওইবা লাইরিক্তি হায়বা খংখিরম্মী। মথং মথং ওইনা বাইবল পাবা হৌরম্মী। যীশুনা

তাক্লন্বা পাওতাক “ য়েক্লববু মুংশিয়ু, নংবু চৈথাংবা মী অহুবু তরাম, তরাম তৌ, নংবু তুকচবা মীগী ফনবা তৌ, নংবু ওৎপা অমদি অৱাবা পিবা মী অহুগীদমক ঈশ্বরদা হায়জো।” হায়রিবা পাওতাকশিংসি বাপুজীনা থৱাই য়াওনা পামলম্মী অমস্তুং লৌরম্মী। মথং মথং ওইনা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং গীতা, বাইবল অমস্তুং কোরাণ পাহুনা নৈনরগা মমৈথংদা মহাক্না য়াম্না চেংনা থাজবদি অসিনি— “ঈশ্বরদি অমতনি অমস্তুং ঈশ্বরবু ফংনবা লম্বীদি মশিঙ য়ামই।”

বিলাত্তা চহি অহুম আইন তমহুনা বাপুজী আইন নিংথিনা পাশ তৌরম্মী। পরিক্ষা ওম্লবা মতুংদা ভারত্তা লাকখিরম্মী। মহাক্না বোম্বেদা হেক থুংবগা মমা শিবগী অমস্তুং ময়াম্ববু ফম লৌথোকপগী পাও তারম্মী। য়ুমদা মতম খরা লৈরগা শেল তানবগীদমক্তা বোম্বেদা অমুক বাপুজী চংখিরম্মী। তম্নবা মহৈহুগী চাং য়েংবা ওইনা বোম্বেগী কোর্টতা আইনগী থবক তৌবা হৌরম্মী।

বাপুজীনা শেল তানবা হোৎনবগী অহানবদা থোকখিবা কাওবা য়াত্রবা থৌদোক অমা লৈরম্মী। মহাক্না য়াম্না থিজরবগী তুংদা কেশ মচা অমথক ফংজরম্মী। ৱাথোকতুগী ফীদি লুপা কুম্থ্রাদনি। অহিংহুদা ৱাথোকতুগীদমক্তা বাপুজীন য়াম্না আইনগী লাইরিকশিং পারম্মী। নোংঙান্দুনা কোর্টতা থুংনখি। বাদীহুদা মহাক্না জেরা তৌনবা হৌগৎলকপদা মহাক্না শাহু নিকলম্মী অমস্তুং মকোক ঙাওরম্মী। মিং অনিহু ময়াম

মমাংদা নিংখিনা পাওবা ফাওবা ওমখিদ্রে। করিমুক হায়গনি রা অমা ফাওবা ওাংবা ওমলমদে। মহাক্না কেসতুদা লেম্না ওম্নরোই অতোপ্না বারিষ্টর অমা থিবিন্নু হায়রম্মী। মহাক্কী রাজু তাবদা জজস্নু অমস্নুং উকিল অতৈস্ন নোক্লম্মী। উকিলগী থবক্তু পামত্রবুনা মহাক্না হাইস্কুল অমগী ইংলিস তম্বিনবা ওঝা হাংলদুনা দরখাস্ত থারম্মী। মদুস্নু মহাক বিঃ এঃ পাস নত্তে হায়দুনা ওঝাগী থবক্তু ফংখিদে। বোম্বেদা শেল ফংদদুনা রাজকোর্টতা মহাক হল্লকলম্মী।

অস্নুম্না রানা চহি খরা লৈরগা মমৈদা পাওল ইনাক-খুনবা অমগী কেশ অমগী দমক্তা খা থংবা আফ্রিকাদা চৎপা তারম্মী। খৃঃ ১৮৯৩ দা মহাক জহাজ তোংদুনা ডরবান্দা থুংখি। মতমদুদা খা আফ্রিকাদা ভারতকী মী ৮০০০ রোম লৈরম্মী। মখোয়গী মথৌদি চু, কাফি অমস্নুং লশিং থাবনি। মখোয়না মফমদুদা লৈবসি চহি মঙাদগী পাসনি। ভারত মচাশিংদুগী ফিবমদি অরাবনি। মখোয়গী খুৎস্নু-মন্দি খজিক্তা ফংবনা চরা নাম্মা নাম্মা হেন্দুনা রানা মখোয়না লৈরম্মী। চরা হেন্দুনা তুংখৎচরকপা শেলদুনা মমৈথংদা তুকান মচা মচা ফম্বা য়াওরম্মী। অস্নুম্না খুন্দারকপনা মমৈথংদদি ভারত মচানা নেটালদগী বুয়ার কাওবা শন্দোকখি। ভারত মচা থরদি জোহান্সবাগকী সনাগী খনি পুখোকপদা কুলিগী থবক ওবদা য়াওরম্মী অমস্নুং মলা ফংবস্নু য়াওরম্মী। মমৈথংদা ভারত মচাগী চাওখৎলক-পদুদা সাহেবশিংনা কল্লক্তুনা বুয়ারশিংগা তায়দুনা য়ায়া কাইরবা

আইন কয়া শেম্লম্মী। ভারত মচাশিংবু হুকুম য়াওদনা মফম অমদা য়ুম-কৈ হোংবা য়াদবা অমদি লমহেনবনা আফ্রিকাদগী পুমতান তাম্থোকলম্মী। য়াম্না খুদোংথিবা ফিবমদা ভারত মচানা লৈবা তারম্মী।

গান্ধীনা খা আফ্রিকাদা লৈজবা ভারত মচাশিংনা হিংহুনা পান্নবগীদমক্তা করিমত্তা মনিংমখা তম্বা ফংজদবা থোদোকতু থেংনরম্মী। ডরব্বানগী বিচার পতিনা ব্রায়েনশংদা বাপুজীগী কোয়েংৎ লোথোকহল্লম্মী। মতমতুদা শোরক অচৌবা মুংথাবদা ভারত মচাশিং চৎপা য়াদে হায়বা হুকুম অমস্নু তৌরম্মী। হুকুমতুগী মতুংইন্না বাপুজী রেলদা পেট্রোরিয়া ফাওবা চৎপা তারম্মী। হুকুম ঙাকনা বাপুজীনা রেলদা তোংহুনা পেট্রোরিয়াদা থুংলম্মী। মহাক্না হোটেলদা করি করি খরা লৈহুনা নোংমহু লেন্নবা চংলুবদা ভারত মচানি হায়হুনা হোটেলদা থুংহল্লমদ্রে। নোংমহু মহাক চরা হেল্লম্মী। মমৈথংদা ঈশ্বরগী থৌজান্দগী থুংফম চাফম মুংঙাইরবা মফম অমা বাপুজী ফংলম্মী। অয়ুক খুদিং প্রেসিডেন্ট ক্রুজরগী মুমদা মহাক্না চৎলম্মী। নোংমদি অনৌবা সিপাই অমনা বাপুজীবু মুংথাবা লম্বীদা চৎলে হায়হুনা য়াম্না থিনা ইনথুরম্মী। থোদোক অহু সাহেব অমনা উথি অমস্নুং মহাক্না বাপুজীদা হায়রম্মী। "সম্ত্রিসি লোয়শংদা পুসি ঐ ইশামক সাক্ষী ওইগে" সাহেবকী ব্রাহৈশিংহু তারগ। বাপুজীনা খুমখি "ঐদি ঐগীদমক্তা বিচারশংদা চংদে" বাপুজীগী পাওখুমহুদা সম্ত্রিহুনা লাঞ্জরে ঙাকপিয়ু হায়না বাপুজীদা নিজরম্মী।

ৱাথোক অত্থু চহি অমা ফানা তৌনরম্মী। চহি অমগী মতুংদদি কেসন্থু মাংমিন্নবা তারম্মী। বাপুজীনা কেসন্থু তাইশিন্নবা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী। বাপুজীনা হায়জবগী তুংদা খৎনন্নিবা কাংবু অনিন্থু য়াম্নরম্মী। অতোপ্পা নিপান্থুনা পাউণ্ড ৩৭০০শিংবা য়াম্নরমই। মশীংদি পুল্লপ ওইনা শীংবদি ওম্মোইদোবা উবদগী বাপুজীনা কিস্তি ওইনা থীহনখি। অম্থুম তৌনা খৎনবা কয়া কয়া মহাক্না ৱায়েনশং য়োঁদনা তাইশিন্নরম্মী। মহাক্কী অফবা মমিংসি শন্দোক্লম্মী।

খৃঃ ১৮৮৫ দা প্রসিডেণ্ট ক্রুজরনা বূয়ার ষ্টেটতা লৈবা ভারত মচাশিংগী মথক্তা চহিগী খাজনা পাউণ্ড ২৫।২৫ থিনবগী আইন অমা পাস তৌরম্মী। বাপুজীনা হোৎনবদগী পাঃ ২৫ থিবগী মহুত্তা পাঃ ৩দা থিবা তাহনখি। চহিদা লুপা ২১৲ (কুনমাথোই) মী খুদিংগী ককথবা হায়বসি পাশিল্লবদি ওম্মোক্লা কান্নবা অমনি। খৃঃ ১৮৮৬ তা বাপুজী ভারত্তা হল্লকখি।

বাপুজীগী লাইবক্তা ভারত্তা কুইনা লৈয় হায়বা তমখিদ্রে। থা তরুকতং লৈরগা মহাক অমুক খা আফ্রিকাদা চৎতবা য়াদহুনা চৎলম্মী। হন্দক্কী খোংচৎতদি মাগী মুপী কস্তুরীবাই অমস্থুং মচা পিশক অনিগা পুরম্মী। বাপুজীনা খা আফ্রিকাদা হেক থুংবদা মফমত্থুগী সাহেবশিংনা মাবু চংহন্নিংলমদে। য়ারবদি বাপুজী ভারত্তা হনথিনবা হোৎনরম্মী। তাম্মোকখিবা য়ানবা মথোই ময়াম তান্নহুনা বাপুজীবু য়াম্না ফত্তবা অমস্থুং লৈবাক লাংহনবা মী অমনি হায়না শন্দোক্লম্মী। কাংবু অমনা বাপুজীবু

হাৎনবগীদমক য়াম্না হোৎনরম্মী। কাংবুশিংহুনা বাপুজীনা লৈবা মকম থিরকতুনা পুমকোই কোইশিল্লম্মী। বাপুজীগী মথক্তা চোকতুম মুংহুম লংশিল্লম্মী। বাপুজী অকিবা অহনবা লৈতনা ঈশ্বরবু নিংশিংহুনা মফমতুদা লৈখি। মফমতুগী পুলিস সুপারিণ্টেনডেণ্টগী মতু আলেকজেণ্ডরনা লৌশিং তৌহুনা বাপুজীগী থরাই কনখিরম্মী। কোলোনিয়েল মিনিষ্টার জোশেক চেম্বারলেনমচিংবা শিংহুগী মথক্তা অরুম্বা মরাল পিগে হায়হুনা তৌরবদা বাপুজীনা তৌহনখিদে।

খৃঃ ১৮৯৯ দা বৃটিশকা বুয়ারশিংগা অকনবা লান শোকখি, বাপুজীনা আফ্রিকাদা লৈবা ভারত মচা ১১০০ (লিশিং অমা চাম।) রোম খোমহুনা সেবাদল শেমখি। মশামক্তা লুচিংহুনা সেবাদলহুনা লান্দা শোকপা অনাবশিংবু য়াম্না নিংথিবা সেবা তৌরম্মী। লানহু বৃটিশনা ওমখি। বৃটিশনা সেবাদলবু য়াম্না থাগৎখি অমসুং বাপুজীনচিংবা লুচিংবশিংদা তকমান পীরম্মী।

খরগী তুংদা বৃটিশ গভর্ণমেন্টনা নেটালদা লৈবা ভারত মচাশিংবু মশিংকক্তা লৈনবগীদমক্তা রেজিষ্টার তৌগদবনি হায়না হুকুম তৌরম্মী। বাপুজীনা ভারত মচা পুম্নমক মিং চলহনখিরম্মী। খৃঃ ১৯০৫ দা জোহাখবাগতা অকীবা ফংনা প্লেগ লাইনানা থবক শুবা মী য়াম্না নাখি অমসুং মী য়াম্না বাপুজীনা লুচিংহুনা ডাক্তর অমসুং মরুপমপাং ময়ামদা হায়জহুনা অনাবা পুম্নমক অহাংবা মফমদা হোংদোকতুনা মথরাই কনখিরম্মী।

থৌদোকসিদগী মিঃ হেনরী পোলাক্না বাপুজীগা চান্নরবা মরূপ ওইনখি। পোলাক্না মাঙোন্দা জোন রস্কানগী ফাওরবা লাইরিক "অণ্টু দিশ লাষ্ট (Un to this last)" ছু খুদোল ওইনা পিখি। বাপুজীনা লাইরিকচ পাবদগী "নোম্বা কনবা মীতনা মালেমসিদা হিংবগী মতিক চাই" হায়বসি- থাজখি। মহাক্না "ইণ্ডিয়ান ওপিনিয়ন" হায়বা চে অমা ফোংলম্মী। বাপুজীগী ফজ-ফজবা প্রবন্ধচু পাবদগী মহাকপু অফাওবা সংবাদিক অমনি হায়না খ্বাইনা থংনরক্লম্মী।

খৃঃ ১৯০৫ দা মহাক্না ড'রবানগী মনাক্তা লৈবা ফিনিক্স কৌবা মফমদা একর চামাগী লম লৈরদুনা মফমদুদা চেদুগী ছাপাখানা ওইহল্লম্মী। মথং মথং ওইনা বাপুজীনা মাগী মতৌগুম্না ইচম চম্না পানবা অমসুং রাখন্দি য়াম্না রাংবা অমসুং চাউবা মী কাংবু অমা শেমগৎলম্মী।

খৃঃ ১৯০৬ তা জুলু জাৎকী নেগ্রো কাংবুশিংনা সাহেবকী মথক্তা লান হৌখি। হন্দকসু বাপুজীনা এমবুলেন্স কোর (Ambulance Corps) শেমদুনা মশামক লুচিংবা ওইখি। মহাক্না জুলুশিংবু য়াম্না মুংশিরম্মী অমসুং মখোয়বু য়াম্না চোকশিন্না লুনা সেবা তৌবিরম্মী। মসিগীদমক অতোপ্পা লানগী মেডল অমসু সরকারদগী ফংখি।

খৃঃ ১৯০৬ কী আগষ্ট থাদা ট্রান্সভাল গভর্ণমেণ্টনা ভারত মচাশিংনা মশা মশাগী রেজিষ্টার তৌরবা সার্টিফিকেট অমমম লৌগদবনি হায়বা হুকুম অমা তৌরম্মী। পুলিসনা মাদু লেংগে

হায়বা মতমদা পুখোকতুনা উৎকদবনি। বাপুজীনা ইংলণ্ড চৎতুনা মাহ্র তৌদনবা বৃটিশ সরকারদা হায়জরম্মী। মতম অদুদা আইন অমা ব্লেক এক্ট Black Act হায়না খংনরম্মী। থুনমক বুয়ার ষ্টেট পুম্বা লোয়না মশানা ভাকচবা পিথোক্লম্মী। মরমসিদগী আইনদুসু নমদুনা চৎথিবনি। জেনেরেল স্মুটনা কোকপিগনি হায়থিবা "পোল ভেক্স" পাঃ অদুমদুসু কোক-পিরমদে অদুদগী হেন্দুনা খৃষ্টান নত্তবা মীদি লুহোং-খোংদোং তৌবা য়াদে হায়বা অনৌবা আইন অমা পাস্ তৌরম্মী। মাদুনা তাবদি হিন্দু অমসুং পাণ্ডলশিংগী মচাশিংনা মখোয়গী মপা মমাগী মরল মথুম ফংজবগী পাঙ্গল পিবিদবনি।

ফিবমসিদা বাপুজী সংসারদা শুরুরবা অনৌবা খুৎলাই অমগী মতেংনা লানদু থেংনগে হায়না খনখি। খুৎলাইদুগী মমিংদি "সত্যাগ্রহনি"। ইংরেজীদা মসিবু আইন ইন্দবা (Civil Disobedience) হায়না খংনৈ। ভারত মচা কাওবা রেজিষ্টার তৌখিদে। বাপুজী নত্তনা লুচিংবা মখৈ লোইনা ট্রান্সভালদগী চৎলো হায়না তাম্বোক্লম্মী। য়াদবা কাংবু মখৈ অকনবা দণ্ডিদা ফাদোক পীরম্মী।

খনিদা থবক শুরম্বা ভরত মচামখৈ ষ্ট্রাইক তৌখি। খনিগী মপুনা ষ্ট্রাইক তৌরিবসিংদুদা থক্কবা ঈশিং অমসুং থাংমৈ পিথিদ্রে। বাপুজীনা মখোয় ময়ামদু পুদুনা আইনদু থুগাই-রম্মী। ওমমক্লা মীশিং লিশিং তরুকলোম শুরম্মী। মখোয় পুম্নমক বাপুজীগী এরা লৌরম্মী অমসুং থৌনা য়াম্না ফরম্মী।

মখোয়না ত্রান্সভাল হেক থুংবগা বাপূজীবু ফাখি। অহুম ওইনমক লুচিংবা খরগী মতুং ইন্দুনা লেপ্পা তৌদনা চথরম্মী। মমৈথংদা ষ্ট্রাইকতু থুগাইরম্মী। মীশিংন্থু ফাহুনা থবক শুফমদা হোইজিন্দুনা য়োংলি তারানা কোইশিন্দুনা থম্বিরম্মী।

জেনেরেল স্মুটনা বাপূজীগা লোইননা ৱা অমত্তং লেপ্ন-রম্মী। মহাক্না ফাদোক তাক্সিবা ভারত মচাশিংন্থু মতিক চাবা অফবা চিঙ্খাক অমদি পানবা লাইরিকনচিংবা পীরম্মী। মাহুগীদমক বাপূজীনা খুদোল ওইনা ফেনাৎ জুরা অমা শাহুনা পীরম্মী। মহুদা জেনেরেলনা ৱা অমা থাঙ্গৎলম্মী। মহুদি—ভারত মচাশিংনা মশা মশানা য়াহুনা রেজিষ্টার তৌজরবদি আইনশিংন্থু শেমদোক্কনি হায়না। মুমিৎ অহুদা বাপূজীনা মিং ময়াম ইবা চেহুদা খুবীশোই লৌনবগী হোৎনরিঙৈদা মির আল্লামনা বাপূজীগী কোক্তা য়ৈরম্মী। বাপূজী লৈমাইদা ৱাম্বখি। মহাক্না জ্ঞান তারক্লবদা মির আলাম্বু থাদোকপিযু হায়জখি। মতদগী মির আল্লাম মাগী থাজবা শাগোন্নবা বোডি গার্ড (ঙাকশেনবা) ওইখি।

হায়নখিবা ৱাহু জেনেরেল স্মুটনা শেমদোকপা ঙমলমদ্রে। আগষ্ট তাং ১৬ তা জোহান্স বার্গতা বাপূজীনা য়াম্না চাউরবা সভা অমা তিম্নরম্মী। সভাহুদা সার্টিফিকেট লিশিং লিশিং মৈদা থাদোকখিরম্মী। সরকারনা বাপূজীবু ফাহুনা ফাদোক থমখিরম্মী। বাপূজীনা জেলদা লৈখ্রবদা অকনবা আন্দোলন হৌরম্মী। লৈবাক অহুদা লৈবা ভারত মচা অপুম্বা লিচিং

অমত্তা ওইনা বাপুজীগী তুংইন্দুনা জেল চংবা য়াওখি। মতম খরগী তুংদা বাপুজী অমস্তুং জেলদা লৈবা লুচিংবশিং থাদোকলম্মী। অহিংসা সত্যাগ্রহগী পাঙ্গলনা পাউও অহুমগী খজনাহু কোল্লম্মী। মীপুম খুদিংমক্না বাপুজীবু লুনা অমস্তুং মুংশিনা তৌরম্মী।

খৃঃ ১৯১০ দা বাপুজীনা ট্রান্সভালদা "টলষ্টয়-আশ্রম" থোন্দুনা আশ্রম অমা লিংখৎখি। আশ্রমদা লৈরিবা মীশিং পুম্নমক ব্রহ্মচার্য্য চৎতুনা অকে অমৌ পুমনমক থাদোকতুনা মশানা মশাবু থাজনা অমগা অমগা মুংশিনতুনা মীপুম খুদিংমক থবক য়েনখাং চপ মান্নবা তৌতুনা মীওইনা পানবদা মুংঙাইনা লৈনবা শেমগৎখি। বাপুজীনা আশ্রমগী মী খুদিংমকপু মশানা মশাগী ওইজবা থিবা থাদোকপা অমস্তুং অচুম্বা লম্বীদা চংশিনবা তম্বীরম্মী। বাপুজীগী থবক অহুদা পেল্লতনা ঋষি টলষ্টয়না চিঠি বাপুজীদা পিরক্লম্মী। চিঠি অহুদি বাপুজীনা হোৎনরিবা অফবা থবকশিংহু অফবা মঙ্গল ওইনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবা য়াহৈশিংনি। চিঠিশিংহুবু "গান্ধী টলষ্টয় পাম্থি" হায়না পৃথিবীগী জ্ঞান লৈবশিংনা খংনরম্মী।

বাপুজী খৃঃ ১৯১৫ দা ভারত্তা হল্লক্লম্মী। মতম অহুদা ভারত্তা পুকচেল চাউরবা গোখলে কৌবা অমা রাজনিতিদা মমিং ফাওরম্মী। বাপুজীনা গোখলেগী নাক্তা লাক্লম্মী। মবানি শক খংনরম্মী। বাপুজীনা ভারতপু সেবা তৌগে হায়বহু গোখলেগী মফমদা ফোংদোক্লম্মী। পুকচেল চাউরবা গোখলেনা

বাবুজীদা তাপিরম্মী "লৈবাক্কী সেবা তৌগে অমসুং থবক তৌগে নিংলবদি অহানবদা ভারত পুম্বগী খুঙ্গং খুঙ্গং চংতুনা পুম্নমক্কী অৱাংপা ফীবম লোইনা খংদোক্লদবনি।" গোখলেনা তাকপা মতুংইন্না সহর অমসুং খুঙ্গং খুদিংদা বাপুজীনা চংতুনা য়েংখিরম্মী। মহাক্না ভারত কোইবদি য়াম্না চমথ্রবা লাইরবা মী অমগী মতৌগুম্না রেল থার্ড ক্লাস তোংতুনা চংলম্মী। কোইন্নেং অমনে চৈশু অমগা ফী ময়োম মচা অমগা কোল অমগা পুদ্দুনা চংলম্মী। অয়াম্বা মীনা বাপুজীবু বেরিষ্টর অমনি হায়বা ফীবম-তুদা খংনখিদে।

বাপুজীনা অস্তুম অস্তুম ভারত কোইরকপদা চম্পারোল কৌবা খুল অমদা থুংলম্মী। চম্পারোল হিমালয় মথোংদা লৈবা বিহার লৈবাক্কী মমুংচনবা লৈবাক মচা অমনি। মফম অদুদা লৈবা লৌউবশিংদি সরকারগী হুকুম ওইনা লৌ একর কুনগী মমুংদা একর অহুমদি নমতুনা নিম পাম্বী থাহল্লম্মী। মফম অদুদা বাপুজীনা লৌমিশিংগী ফিবম মুংঙাইতবদু কোক্কবা হোৎনগে হায়না থবক পাইখৎলম্মী। মফমতুগী সরকারনা বাপুজীবু মফমদুদগী তান্থোক্লম্মী। মহাক্না লৌমিশিংগী অৱাবদু কোক্কনা চংপা পাম্লমদে। বাপুজী অমসুং তুংইন্নকপশিংনা লৌমিশিংদা মহৈ মশিংগী মরমদা নিংথিবা পাওতাকশিং পিবিরম্মী। লৌমিশিংগী মথক্তা অকনবা দণ্ড ওইনা চহি অমগী মমুংদা একর অহুম নিম পাম্বী থাহনবদু বাপুজীনা হোৎনবদগী তোকহনখি। বিহারগী খুঙ্গং অয়াম্বদা লৌমিশিংনা

মচা মওনা মহৈ তম্নবগীদমক প্রাইমারী স্কুল য়াম্না মহাকনা লিংখৎপিরম্মী।

খৃঃ ১৯১৮ দা আহমদাবাদতা মিলগী থবক শুবা ময়ামগী মথক্তা মিল মপুশিংনা অশুমন 'খজিক্তা পীবা অমসুং নিংথি মুংঙাইনা তৌবিদবগীদমক আন্দোলন হৌরম্মী। মকম অতুদা বাপুজী লাকতুনা থবক শুবা মীশিংদা তেংবাংবিরম্মী। থবক শুবশিংদা অহিংসা পাম্বৈনা নিংলিবা থবক পাংথোক্তদবনি অমসুং অতৈগী মতে' অমদি অ:ভাপ্প শিংদগী নিহনা খায়হনা আন্দোলন তৌবদি কত্তে হায়না তাকপিরম্মী। মতম কুইনা আন্দোলন তৌরবগী তু'দা কাইনশংদা থবক শুবশিংনা জয় ওইরম্ম'। ভারতকী অহানবা লৌমি-শিন্মীশিংনা আন্দোলন শুমথিবা অহানবনি।

ইউরোপকী অহানবা লানজাউগী থমথেংনা শোক্রবা মতম্নি। করম্বা মীচংনা লাল মাইপাকনি হায়নবা ওম্বা মতম নংখিদ্রে। ভারতকী ভায়সরে'য় লোর্ড চেমসফোর্ডন (Lord chelm-ford) বাপুজীব লালগী মরমদা থম্নবগীদমক মিটিংদা য়াওবীমু হায়না খ্যার্ত্তন তৌরম্মী। মতম অতুগী রা[illegible]নীতিকী মকোক ওইনা হোৎনরিবা রিবী লোকমান্য তিলক অমসুং এনি বেশন্ত অনিবু খার্ত্তন তৌবা য়াওদবগীদমক্তা অহানবগী মিটিংদা বাপুজী য়াওশিদে। মতুংদা মুসলমানশিংগী লুচিংবা আলি মচিন মনাও অনিবু খাদোক্লবদা তিলক অমসুং এনিবেশন্তবুসু বার্ত্তন তৌরবতুদা অকোনবা মিটিংদা বাপুজী য়াওবা তারম্মী।

মতম অদুগী কংগ্রেসকী সভাদা মা ঙাংবা মী খুদিংমক ইংরেজী লোন্দা ঙাংনরম্মী। বাপুজীদি হিন্দী লোন্দা মা ঙাংবিরম্মী। মহাক্কী মত্তা মথংরাই য়াওনা বৃটিশকী মতেং পাংগনি হায়বা উৎলম্মী। বাপুজী মশামক্তা থাগী ফি শেৎতুনা ভারতকী মকম অয়াম্বদা চৎতুনা লাম্মী খোমখিরম্মী। থোদোক অদুদা মাগী মরুপশিংনা অমসুং লৌমী-শিন্মীশিংনা ঙক্লরম্মী। মরমদি মখোয়না খঙ্গরম্বনা— বাপুজীমক্তা থংরাই হেক য়াওনা পাঙ্গল শিজিন্নবসি পামজরমদে। মরম অদুনা বাপুজীনা পাউতাক কয়া পিতুনা মকম কয়ামরুম বানা চৎতুনা মী খোম্বদা নিংবা থুংনা মী ফংলমদে। খৃঃ ১৯১৮গী নবেম্বর থাগী তাং ১১দগী হৌনা বাপুজী য়াম্না কন্না নাখিরম্মী। লানজাওতুম্সু বৃটিশনা লাল ঙমখি।

পৃথিবীগী অহানবা লানজাওসিদা ভারতনা সাহেবকী মতেং য়াম্না পাংলম্মী। তৌবিমগী মশক বৃটিশ গভর্ণমেন্টনসু ভারতা স্বরাজ পিগনি হায়না বাশক্লম্মী। খৃঃ ১৯১৯ দা আইন অমা পাস তৌরম্মী। পাস অদুগী মতুংইন্না ভারতকী শাসনগী ক্ষিবম অসি ওন্থোকখি। ভারতবাসি পুম্নমক য়াম্না শাওনরম্মী। লৈবাক লাংবা কোক্লবগী [illegible]কতা ঝঙ্গলা। লৈবাকী গভর্ণমেন্ট Rowlet Act ( রাওলাট এক্ট ) হায়বা আইন অমা পাস তৌরম্মী। আইনদুগী মতুংইন্না পুলিসনা মী বু বিচারকা [illegible] তৌদনা জেলদা পিশিনবা ঙম্মা। বাপুজীনা আইনদুদা থংরাই য়াম্না হুংঙাইরমদে অমসুং য়াম্না পামজরমদে। ডাক্তরনা বাপুজীবু শঙম অমসুং য়েরুম চাহূনা হুকচাং থবা কনখৎলিবনগী

রাজনিতিদা মাওরুখিমু হায়না হায়জরম্মী। হায়রিবা চিঙ্গাকদি বাপুজীদি চারমদে অমসুং হৈস্রু হৈরমদে। হৈশিংনবী মপুং ফোইবগী তুংইনবী কস্তুরীবাইনা মপুংফোইবদু হায়েং মথোম পীথকতুনা হকচাংস্থ থরা থরা কগৎহনখি। হকচাং থজিকতং কগৎলকপগা বাপূজী অকনবা থবক পাইখৎপা হৌরম্মী। লোংমদি বাপূজীগী মংদা লাই অমা লাকতুনা কন্নি তৌকম থোকপগে হায়বহৃ তাকপিরম্মী। "ভারতবাসি পূরমক্তা লোংমদি শোয়দনা চপমায়না অরাবগী অমদি চরা হেনবগীদমক ঈশ্বরদা হায়জবগী মুমিং অমা লৈপ্পদবনি।"

লোকমান্য, তিলক, পণ্ডিত মতিলাল নেহরু, দেশবন্ধু, চিত্তরঞ্জনদাস অসিনচিংবগা অমসুং মুসলমানগী লুচিংবশিংগা রা তায়হ্নুনা মীপুম খুদিংমক তিন্নহ্নুনা ভারত স্বাধীন ফংনবগী-দমক "অহিংসা অসহযোগ," Non-Violent–Non Co-operation তৌনবগীদমক বাপূজীনা লংজিন পুথোকলম্মী।

বৃটিশ শাসনগী মথক্তা সত্যাগ্রহ শিজিন্নবা বাপূজীনা হৌরম্মী। ভারত মচাশিংনা ভারতা ফংবা পোৎচৈদনা পানবা ওমথৈ হায়বসি বাপূজীনা য়াম্না থাজহ্নুনা মীরৈবাকী পোৎচৈ শিজিন্ন-দবা আন্দোলন হায়না পুক্নিংদা লেপখিরম্মী। মহাত্মা মসামদা তাকখিরম্মী। "ভারত মচা অপুম্বা চহি অনিরোমসি নোংচুপ-লোমগী লোনতা তম্বা অমসুং মীরৈবাকী কলনা শাবা ফি-রোল শেৎপা অমসুং মীরৈবাকী ফিজেৎ-চকচা তম্বা অমসুং মীরৈবাকী হিরাক শিজিন্নবসিনা ভারতকী নোংম-নোংমগী অনংবা লাইথুং

হেনগৎখিবনি। মরম অসিনা ভারত মচানা লৌমী-শিল্পী, কেরাণী লোইনমক ফি শাবা, লংনাইবা তম্বিগদবনি। অদুংে নাইবা খদ্দর শেৎপা অমসুং ভারত মচাশিংনা মথোয়, মথোয়গী অরাং অপা অয়াম্বা মথোয় মথোয় মশানা মেনশিনজবা তমগদবনি”। মহাক্না নিংজরিবা থৌরমসি পাংথোক্লবা থরাই খুদাক্তা হাপতুনা হোৎনরম্মী।

খৃঃ ১৯১৯ গী এপ্রিল তাং ৬ শুবদা জাতীয় সপ্তাহ হৌখি। দিল্লীগী জুম্মা মসজিদতা সভা অমা কমখি। সভাদুদা স্বামি শ্রদ্ধানন্দজীনা সভাপতি ওইরম্মী। সভাদুদা বাপুজী সরোজিণী নাইডুনচিংবা লুচিংবশিংনা নিংখি, নিংখিরবা রাহৈনা রা ঙাংবিখি। ভারত মচা অপুম্বগী থম্মোইদা অনৌবা ইথিন অমা পোক্লরম্মী। মফম, মফম খুদিংদা সত্যাগ্রহ হৌনখি। থৌদোক অদুদগী বৃটিশ সরকারনা ভারতকী নেতাশিংগী মথক্তা অকনবা মিৎয়েং অমসুং-শাথিনা নৎতবা লমচৎ চৎপা হৌখিরম্মি।

খৃঃ ১৯১৯ গী এপ্রিলগী তাং ১৩ দা কাউবা য়াত্রবা অকীবা ফংলবা থৌদোক অমা ভারত মাতাগী থবাক্তা থোকহনখি। জানিয়ানবালাবাগ হায়বম্বি পঞ্জাব লৈবাক্কী অমৃতসর সহরগী মনুংদা লৈবা লৈকোন অমনি। পূর্ণিমা সুমিৎনি। অহিংসা নীতি হোদোক্লবা ভগবান বুদ্ধদেবগী মপোক সুমিৎনি। মুপী অঙাংনচিংবা মী লিশিং, লিশিং লৈকোনদুদা তিনখি। হায়রিবা লৈকোনদু মাইকৈ অদুমদি চ্যেকপলনা কোয়শিল্লম্মী। মাইকৈ অমত্তং লম্বী চৎফম কাৎলম্মী। অদুগুম্বা থোকফম লম্বীদুদা

থৎতুনা সেনাপতি ডায়ারনা লুচিংতুনা মরাল লৈত্রবা মুপী অঙাংনচিংবদা নোংমৈ কাপশিনখি। মুপী অঙাংনচিংবা লিশিং লিশিং শিখি। লৈকোনছু ইখোং চেল্লম্মী। অসুম্না হায়নখিবা মীহাৎতু সরকারগী গুলি লৈততুনা তোকখিবনি।

জালিয়ানবাগকী মীহাৎসিদা ভারত মচা পুম্নমক থরাই শোকখি। হায়নবা তাম্নবা লৈতনা ভারত মচা পুম্নমক হৌখিরম্মী। চহিতুদা অমৃতসরদা জাতীয় কংগ্রেস ফমখি। পণ্ডিত মতিলাল নেহরু হৌজিককী প্রধান মন্ত্রি জহরলালগী মপানা সভাপতিগী আসন লৌখি। কংগ্রেসতগী মীহাৎপগী তদন্ত কমিটি অমা শেমলম্মী। কমিটিতুগী ফমনাইবশিংগী মনুংদা বাপুজী দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জণ য়াওরম্মী। বৃটিশকীসু হান্টার সাহেবনা মকোক ওইতুনা তদন্ত কমিটি অমা শেমলম্মী। মতুবু "হান্টার কমিটি" হায়না খংনখি। হান্টার কমিটিনা অচুম্ববু লোৎলগা অরানবনা অচুম্বা শাতুনা রায় তারম্মী। মওংতুদা ভারতবাসি পুম্নমক য়াম্না মথরাই শোকখি।

খৃঃ ১৯১৯ গী নবেম্বরগী তাং ২৪ দা বাপুজীনা মকোক ওইতুনা খিলাফাৎ কমিটি Khilafat Conference ফমখি। সভাতুদা অসহযোগ আন্দোলন তৌবা লেপনখি। বাপুজীনা শৌকট আলি অমসুং মৌলানা অজাদনচিংবগা লোইননা খিলাফাৎ সবকমিটি শেমখি। হায়রিবা সবকমিটিতুসু অসহ-যোগতু য়াখি। মতুংগী চহিদা মুসলমান পুম্নমক প্রস্তাব অতু সমর্থন তৌরম্মী।

অসিগুম্বা অসহযোগ আন্দলোনতু ভারত পুম্বা শিনথুং-থিরম্মী। কলিকাতা অমসুং নাগপুর কংগ্রেস অধিবেষন্দসু অসহযোগ আন্দলোনচ সমর্থন তৌখি। ছাত্র ছাত্রি অয়াম্বা স্কুল থাদোক্লরক্লম্মী। ভারত মচাশিংনা সরকারগা মরি লৈনবা পুম্নমক ককথৎলম্মী। করিমুক হায়গনি, মুসলমান লিশিং অমা চানিপালসু সরকারগী লাম্নিদগী মমিং ককতুনা আফগা-নিষ্টান্দা হঁনখি।

খৃঃ ১৯২১ দা বাপুজী হান্নগী ফিরোনচ হোংদোকখি। ফুরিৎ, কোয়েৎ থাদোকতুনা খু মথক য়োৌবা থুদৈ অমা শেৎলগা ইনফি অপোৌবা অমা ইল্লগা লেনখি। বাপুজীনা মীরৈবাক্কী ফিরোল বয়কট (থাদোকপা) তৌবা হৌরম্মী। পুকচেল চাউ-রবা ভারতকী নেতা পুম্নমক্লা মীরৈবাক্কী ফিরোল পুম্নমক মৈ থাদোক্লরম্মী। ভারত মচা পুমনমক অনাইবা লংনা শাবা ফিবোল শিজিন্নবা হৌখি। খৃঃ ১৯২২ দা চৌরি চৌরা কোবা খুন্দা শাওগনবা কাংবু খরনা থানাগী য়ুমকৈ মৈ থাদোক্লম্মী। থৌদোক অসিদা বাপুজীনা ভারত মচাশিংবু ইন্দ্রি খুদুমচনবা অমসুং হিংসা শিজিন্নদনবা পাউতাক পিবিরম্মী। ভারত মচাগী পুকনিং রাখল পুমনমক অহিংসা নীতিদা লুপ্নখি।

খৃঃ ১৯২২ গী মার্চ্চকী তাং ১০ দা বাপূজী চহি ৬কীদমক জেলদা সরকারনা থমখি। জেলদা লৈরিভৈদা বাপুজীনা "My Experiments will sretch" হায়রা লাইরিক অতু ইরম্মী। ফাদোক তারিবৈদা বাপুজী য়েপেন্তি সাইটিস হায়বা

লাইনাহ নাখিরম্মী। চহি তরুক শুদনা চহি অনিগী মতুংদা জেলদগী বাপূজী থাদোকখিরম্মী। খৃঃ ১৯২৪ গী ডিসেম্বরগী থাদা বেলগওদা কংগ্রেস সভা ফমখি। বাপূজীনা সভাহুগী সভাপতিগী আসন লৌখি।

মতম অদুদা দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জন দাসনা লুচিংহনা স্বরাজ পার্টি লিংখৎলম্মী। বাপূজীনা অমুক হন্না ভারত কোইখিরম্মি। ভারতকী লন্নাই থন্নাই অমসুং লাইরবা অনংবশিংগী ফিবম ময়ামদু উখিবদা বাপূজী থন্নাই য়াম্না শোক্লম্মি। মহাকনা স্বরাজ পার্টিনা রাজনিতিগী আন্দোলন শিন্নরম্নগা লৌন্নাই থন্নাইগী চাওখৎনবা হোৎনবদা পুক্নিং চংলম্মী। মহাক্না All India Spinners' Association (অল ইণ্ডিয়া স্পাইনরস এসোসিয়েসন) হৌদোকখি।

খৃঃ ১৯২৫ দা বাপূজীনা হরিজনগীদমক্তা চাউখৎনবা খ্বাইনা লূনা তৌবিনবা থবক পাইখৎখি। মহাক্না খা থংবা ভারত্তা কোইরকপদা ত্রিবাঙ্কর লৈবাক্কী ভাইকম কোবা খুলদা থুংখি। লৈবাক অদুদা লৈবা হরিজনশিংসি লমজাও শরোক্তা চৎপা থিংলম্মী। ত্রিবাঙ্করদসু নত্তে, ভারতকী অয়াম্বা হিন্দু লৈবাক্তা অসুম্না হরিজনশিংবু য়াম্না তুক্কচনা অমসুং অমাংবা শোকন-পন্নদনা তৌরম্মী। হরিজনশিংবু য়ামনা থীনা তুক্কচনা তৌবদু থেংনবদা থন্নাই য়ামনা শোকখি, বাপুজীনা য়ামনসু ঙকনা খোক্লম্মী। জগত্তা লৈরিবা জীব পুমনমক্কি লমজাও শরোক্তা চৎপা য়ারগা সমাজগী অমোৎ অকাই অমসুং ফত্তবা পোৎ শেংদোকতুনা

কায়নবা তৌরিবা হরিজনশিংবু চৎপা থিংবসিদি ওহ্নোকপগী রাখলনি। হৌনদ্রবা লমচৎসি ভারতগী কোকনবা বাপুজীনা কংগ্রেসীশিংগা লোয়নদুনা হরিজনশিংবু থিংলিবা লমজাও শরোক্তা চৎ-চৎতুনা খাদোকনবা হোৎনরম্মী। সনাতণীশিংনা লাক্কুনা চৎপন্থু থিংনবা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী। তৌইগুম্বসুং সত্যা-গ্রহীশিংনা লমজাওদগী থাদোকখিদে। সনাতণীশিংনা পুলিসকী মতেং লৌদুনা সত্যাগ্রহীশিংবু তানখাইনবা হোৎনখি। লম্বীদু খুৎউ য়ৌনা ঈশিং পুশিন্দুনা শেংদোকখি। কায়নথংদদি বাপু-জীনা অওম্বশিংদা হায়জদুনা হরিজনশিংনা শরোক্তা চৎপা য়ারম্মী।

খৃঃ ১৯২৫ গী জুন তাং ১৬ তা ভারত ফাওরবা দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জণদাস নোঙ্গাখি। ভারতবাসি পুম্নমক অৱাবা ঈপাক্তা তাওখি। বাপুজী দেশবন্ধু লৈতরে হেক তাবদা কলিকাতাদা অপনবা তৌদনা লাক্লম্মী। কলিকাতাগী কিরোতলা ঘাট মোংকম অদু কাওবা চিত্তরঞ্জণগী অশিবা মশাগী কু-দু বাপুজীনা পুবা য়াওখি। বাপুজীগী মিৎলু অনিগী ঈৱাদনা মাইথোংদু পূমচোৎ চোংখি। চাকখৎলবা সংস্কারদু বাপূজীনা তুমিন্না য়েংলগা অৱাবনা ফুম্বংনদুনা লৈরম্মী। দেশবন্ধুবু নিংশিংনবগীদমক্তা বাপূজীনা মশামক্তা ভিক্ষা নিদুনা লুপা লাখ তরাখক খোক্লম্মী। খোক্লিবা শেলদুনা দেশবন্ধুগী নিংশিংনবা ওইনা, "দেশবন্ধু সেবাদন" থোন্দুনা লাইয়েংশং অমা লিংখৎলম্মী। মুপী অমসুং অঙাংশিংগী অৱাবা কোক্নবা খাইদগী হেন্না ফবা লাই-য়েংশং ওইনা থোকখি। লৈবাক্তী বাৎদুনা লৈরম্নবা লাইয়েংশং

অমা ওইরম্মী। ভারত থুংনা লাইয়েংশংহুমক দেশবন্ধুগী মিংগা চুনবা অমা ওইনা ফাওরি।

দেশ সেবাদা বাপুজী তৌফমথোকপা অমসুং পুন্সিগী ব্রত অমা ওইশিনলক্লে। খৃঃ ১৯২৮ দা খাজনা হেনগংপা থিংনবগীদমক্তা গুজরাটকী বার্দোলি কৌবা খুন্দা লৈবা লৌউশিংউবশিংনা সত্যাগ্রহ তৌরম্মী। সত্যাগ্রহতুগী থোক্লকহনবা মরুদি বাপুজীনি। মরমদি চহিতুদা খুলহুদা মহৈ মরোং করিমত্তা থোকখিদে। মহৈ মরোং থোক্তবগী য়াম্না ৱানরিভৈদা সরকারনা খাজনাসু হেনগংহনখি। কাংবুতুগী মকোক্তি ভারতকী ভাইস প্রেমিয়ার ওইরম্বা সদার বল্লভ ভাই পেটেলনি। সরদারসিনা ভারত্তা লৈরম্বা নিংথৌ পানবা পুম্নমক থুগাইহুনা মচেৎ মচেৎ ওানা লৈরম্বা পুম্নমক ভারত্তা পুনশিনখি। মতমহুগী লৈবাক ওাকপশিংহুনা খুলহুদা অওম তাম্নহুনা য়াম্না থিনা ওৎখি। অহু ফাওবা লৌমিশিংনা বাপুজীগী পাউতাক মতুং ইন্না অহিংসা নীতিদা সত্যাগ্রহ তৌরম্মী। মমৈথংদা ওমজরম্মী। ৱাজশক্তি পায়বা কাংবুশিং মাইথিবা ফংলম্মী।

খৃঃ ১৯২৯ দা ভারতকী কংগ্রেস লাহোরদা ফমখি। সভাহুদা পূর্ণ স্বাধিন্তা দাবী তৌবা হায়না লেপনরম্মী। করিগুম্বা গভর্ণমেন্টনা দাবীহু য়াবিদ্রগা লাল তৌগদবনি হায়না কংগ্রেস পুম্নমক মত অমত্তা ওইনা ৱারেপ তাগি। কংগ্রেসনা মমুংদা লানগীদমক্তা শেমশাখি। লানহুগী সেনাপতিদি বাপুজী মশামক্তা ওইগনি হায়না চোংথোকপিরম্মী।

মতমত্থগী ভারতকী ভাইসরোইদি লর্ড আরুইননি। বাপুজীনা আরুইনগী মফমদা সর্ত্ত তরামাথোইখক থাংগৎখি। ফংকম থোকপা অচুম্বা দাবী তরামাথোইসিদি শোইদনমক আরুইন্না য়াফম থোকই হায়না বাপুজীনা নিংলম্মী। ওন্নবৈনবনি। আরুইন্না দাবী তরামাথোইত্থগী মন্নুংদা দাবী অমা ফাওবা য়ারমদে। হায়জবা দাবী পুম্নমক অমত্তা য়াবিরক্তবা অত্থদা কংগ্রেসনা আইন অমান্য আন্দোলন হৌখি। খৃঃ ১৯৩০ দা থুমগী আইন ইন্দবগীদমক বাপুজী সমুদ্রে মপান্দা লৈবা দণ্ডি মাইকৈদা লেংখি। থুম হায়বসিদি মীচমদগী নিংথৌরেন ফাওবা শিজিন্নবা পোৎশক অমনি। সাগরদগী থোকলিবা থুমসিসু ভারতদদি লাপথ্রবা বিলাত লৈবাক্তগী পুরকত্থনা মমল তাংনা ভারত মচানা লৈত্থনা চানরম্মী। বাপুজীনা মকোক ওইত্থনা থুম আইন থুগাইত্থনা থুম শুংবা হৌখি। কাংবু ২ ওইনা সত্যাগ্রহদা য়াওশিনলম্মী। বাপুজীসু থবকতু মাই পাকত্রবদি অমুক হন্না আশ্রমদা হনলরোই হায়না মীয়ামদা খংহনবি।

বাপুজীবু খৃঃ ১৮২৭ কী ২৫ শুবা আইনগী মতুংইন্না বৃটিশ সরকারনা ফাত্থনা বন্দী তৌখি। পাউসি পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক্তা তাবদা অঙকপা ফংখি। আমেরিকাগী পাদ্রি চনিরোমনা ইংলণ্ডগী প্রধান মন্ত্রি মিঃ রামাস মেকডোনেলর্ডদা বাপুজী থাদোক্তবা চে থারম্মী। তৌইগুম্বসুং ইংরেজ সম্রাজ্যবাদীশিংনা রাহু নাকোংদা ফাওবা হাপলমদে। বাপুজীনা বন্দী লৈবত্থদা পানামা বন্দরগী ভারত মচাশিংনা হরতাল তৌরম্মী।

ভারতলোমদনা অভিনোন্স মথং মথং ওইনা জরি 'তৌরম্মী। অদুম্মদি তৌরগা ভারত মচাশিংদি অভিনান্সশিংদুবু করিমত্তা নাচুংলমদে। থুমগী আইন, উমংগী আইন অমসুং রাজদ্রোহ আইন পুম্নমক তৌদুনা ভারতপু নিংতম্বা লম্বীদা চিংশনথি।

ইংরেজগী নমথবা নীতিদু মাইথিরক্লে। ইংলণ্ডদা গোল টেবল ( Rownd Table Conference ) ফম্নবা থৌরাং শিন-লমই। মতম অদু বাপূজী জেলদা লৈরমই। রাউণ্ড টেবল য়াওনবা কংগ্রেসবু বার্ত্তন তৌরক্লম্মী। কংগ্রেসনা বার্ত্তন লৌখিদে। খৃঃ ১৯৩১গী জানুয়ারীগী তাং২৬তা বাপূজী জেলদগী থাদোক্লম্মী।

ভারতকী ভাইসরয় আরুইন্না ভারত মচাশিংগা খৎনচৈন-দনা তাইশিন্নবগীদমক বাপূজীবু বার্ত্তন তৌরম্মী। ফেব্রুয়ারীগী তাং ১৭ তা মাথোয় অনি পুং ৬ চংনা য়া ঙাংনরম্মী। ইংরাজ রাজনৈতিক মিঃ উইনষ্টন চারচিল সাহেবনা বাপূজীবু লম্বোইবা হকচাং তঙ্খাই ফি শেত্তবা (Half Naket fakir) লংনরপ ওইনা লণ্ডন্দা ঙাংনরম্মী। খৃঃ ১৯৩১ গী মার্চ্চকী তাং ৮ দা গান্ধী আরুইন চুক্তি লোইরমই। চুক্তি অদু গান্ধী অরুইন চুক্তি ( Gandhi Irwin Pact ) হায়না কাওথি। চুক্তিশিংদি অসিনি:— (১) সমক্রু মপান্দা তাজবা মীপুম থুদিংমক নিং-তম্না থুম শুংদুনা চাজবা অমসুং লৈবা য়োনবা য়াবা। (২) মথল মথা অয়াম্বা সরকারগী প্রজাগী মথক্তা তৌথিবা হুকুমশিং লোথোকপা হায়বদি তোকপা। (৩) কংগ্রেসম্নু রাউণ্ড টেবল কনফরেন্সতদা য়াওগনি, য়াওবদদি কংগ্রেস ফম্নগা য়াওগনি।

কংগ্রেস সভা তিন্নরম্মী। সভাহুনা ভারতকী মহুৎশিনরা ওইনা বাপুজীবু রাউণ্ড টেবল কনফরেন্সতা য়াওরুবা লেপ্লখি। পৃথি অপুম্বদা কংগ্রেসকী থবক য়েনখাং পুম্নমক থংহনবা অমস্তুং তাকপা লেপ্লরম্মী।

বাপুজীনা সরোজীনি নাইডু অমস্তুং নেতা খরগা লোয়নহুনা রাউণ্ড টেবল য়াওনবা ইংলণ্ডদা যাত্রা তৌখি। লম্বীদা অচৌ-অচৌবা সহরগী অফাও-অফাওবা মীনা বাপুজীবু ওকুমই অমস্তুং রারী রাতাই শারম্মী। ইজিপকী প্রেমিয়ার নাহাস পাশা, রোমান রোল্লান্দ অমস্তুং বিঃ সিঃ এক এন্দ্রুস নাচিংবা মহাক্কা ওক্করম্মী। খৃঃ ১৯৩১ গী সেপ্টেম্বর তাং ১২ দা বাপুজী লণ্ডন্দা থুংলম্মী। অচৌবা নিংথিবা দলান্দা মহাক্কা লৈরমদে। মিস মিউরিয়েল লিষ্টরনা মাগীময়ুমদা লৈবিনবা বাপুজীবু উনখি। বাপুজীনা মিসঃ লিষ্টরগা লোয়নননা মহাক্কী য়ুমদা থুংখি। মিস লিষ্টর হায়বীসি পুকচেল চাওবী মুপী অমনি। মহাক্কা কিংসলে হল ( Kingsley Hall ) কৌবা মীতিনফম অমা লিংখৎলম্মী।

ইংখ্রবা ইংলণ্ডদা বাপুজীনা খুউ মথক য়োবা অপোবা ফৈজোম অমগা ইনফি অমগদনা অইংবত্ত খাংলম্মী। করিগুম্বা ফুরিৎ, তুপি অমত্তা শিজিন্নদে। মোজা য়াওদবা চুম্নগী অচম্বা সেন্দল অমতং তোংলম্মী। মুমিৎখুদিংগী অমুক অণ্ডনবদা হৌগৎহুনা খোংনা কোয়রম্মী। লমহুগী অগুাং মচা ১স্তুং মুপীমচাশিংগা চৎমিন্নহুনা রারি রাতাই শাহুনা অয়ুক্কা হরা চাঁবা লেংলম্মী।

নিংথৌরেন মঙাশুবা জর্জ অমস্তুং মহারাণী মেরী অনিন্না বাপুজীবু বাকিংহাম কোন্নুংদা বার্তন তৌরম্মী। অকে-অমৌদা নিংথিজবদা জগস্তা কাওরবা সাহেবকী কোন্নুংদা নিংথৌরেল অমস্তুং মহারাণী অনি উনবদা মহৌশাগী ফিজেত্তগী করিমত্তা মহাক্না হোংদোক্লমদে। বাপুজীনা ভারতকী মহুৎশিনবা ওইনা নিংথৌ কোন্নুংদা লপোইবগুমনা হকচাং তঞ্খাইমা ফি য়াওদনা চৎপদা পুক্লিংদা চিংনবা অমস্তুং হঙোইবা পোকখিদে।

রাউণ্ড টেবিল ফম্বদা বাপুজীনা ঙাংবিখিবা রায়ামশিংহ ভারতকী মতম কুইনগীদমক্তা মমল য়ামলবা লন ঙাক্তনি হায়বদা করিমত্তা চিংনফম লৈরোই। ভারত্তা লৈহৌরিবা নেতাশিংগী পুক্লিংদা অপেনবা অমা ওইখি।

রাউণ্ড টেবিল ফম্বগী কান্নবা অমত্তা ভারতনা ফংখিদে। ভারতকীদমক থল্লবা পূম্নমক চার্চিল সাহেবকী স্তপনম শক্তিনা মওং অমত্তা চাহনখিদে। গান্ধী–আরুইন চুক্তিগী সর্ত পুমন-মকস্তু পার্লামেণ্টনা থুগাইখি। বাপুজীনা ভারত্তা হল্লক্লগা ভাইসরগা উননবা হায়রম্মী। ভৌইগুম্বস্তুং উনসি হায়বা জেনেরেলনা য়ারমদে। খোদোকতুদগী কংগ্রেসনা অমুক হন্না লাল হৌনবা থৌরাং তৌরম্মী। লাললোংগী থবক পুমনমক বাপুজীনা মকোক ওইহনা শিনখি।

খঃ ১৯৩২ দা মেকডোনালডগী অনৌবা রায়েল পথাপ অমা ভারত্তা শিংলক্লমই। অসিগুম্বা রায়েল পথাপ্না ইংরেজনা ভারত মশেলদা মিচং মিথাই নাইবা হৌরমই। অতোনবা

জাতিমখৈ নাকপাক তাহনখি। হিন্দু পাঙল তোঙাল ২ তানবা লম্বীস্থ শেমখি। পাঙলশিংদা অচৌ-অচৌবা কম পিশিনখি। বাপুজীনা মখোয়গী ফত্তবা লৌনমশিংত্থ মন্নুং খংনা হায়বদি শিংশিংনা খংলমই। মহাত্মা মেকডোনাল্ডগী অসিগুম্বা সম্প্রদায় মশেলগী মিচং মিখাই নাইবা অমস্থুং অতোনবা জাতিবু নাই-তোম তাহনবগীদমক্তা চরা হেনখি। ভারত খুংনা আন্দোলন তৌখিবনা, অসিগুম্বা রায়েল পথাপ অনৌবস্থ মপাঙ্গল তেকখি।

খৃঃ ১৯৩২ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ২০ দা বাপুজী চরা হেনবা হৌরমই। মুমিং মরিনি চরা হেনলগা তাং ২৪দা দাবী তৌ-রিবা সর্ত্তস্থ ফংলগনা চরা হেনবা তোক্লমই। শোক্লপন্নবা য়াদবা ভারত মচা পুম্নমক অমত্তা ওইনা লৌনবগী মওং অহুস্থ লেপ-লমই। অসিগুম্বা চুক্তিসিবু "য়ারবেদা চুক্তি Yorvada Pact") হায়না খংনখি। বাপুজীগী নাক্তা বিশ্ব কবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর লৈরমই। বাপুজীনা চরা হেনবা তোকপা মুমিংতুদা বিশ্ব কবিনা "জন গণ মণ" হায়বা শৈরেংস্থ শকপিখি।

ওস্থোকপনি! ভারতকী লাইবক! মতম অহুদা ভারতকী সমাজ মন্নুংদা অমাংবা অশেংবা হায়বা জাতি মশেন য়াম্না মুংশিনদবগী লংজিন ওইবা অসিনা ভারত মন্নুংদা য়াম্না কম্না ওৎলম্মী। অতোনবা জাতি রাইশিংপা-থিশেংবা খোঙপ তুবা অমস্থুং শমককপা অসিনচিংবাসি হিন্দুগী লাইশংদা চংহনলমদে। সমাজগী থৌ পুরিবা জাতি অতোনবশিংবু অথীবা মিৎয়েংনা য়েংহ্নুনা লৈবসি বাপুজীগী থরাই য়ামনা শোকখি।

অসিগুম্বা ভারতা পোকপা অতোনবা জাতিশিংবু হিন্দু মন্দিরদা চংহন্নবগীদমক বাপুজীনা য়াম্না কন্না হোৎনবিখি।

মালবারগী কালিকটকী গুরুভায়ুগী মন্দিরদা হরিজনশিংবু চংহন্দবগীদমক বাপুজী চন্না হেনখি। মক্কমতুগী মীপুম খুদিংমক্না হৌরক্লুনা অমসুং য়াম্নমুনা গুরুভায়ুগী মন্দির থোং হাংলমই। অতোনবা জাৎ পুন্নমক বাপুজীগী মতেংদগী মন্দিরদা চংতুনা লাই খুরুমজখি।

বাপুজীগী চহি ৬৫ চংলকপদা অমুক হন্না ভারতকী থুঙ্গং খুদিংদা চংথিরম্মী। শোরুপন্নবা য়াদবা লাইথুংহু কোরুবা ; অমনা ভারতকী অবস্থা থীরবা লরাই থরাইশিংসি চাউখৎনবা অমসুং অপংবা লৌমী শিন্মীশিংবু খুৎশাগী থবক্তা চাউখৎনবা হোৎনবন। বাপুজিগী খ্বাইদগী অথোইবা মরমনি। খৃঃ ১৯৩৪দা বোম্বেদা কংগ্রেস চহিগী সভা ফমখি। করিগুম্বা হিরম অমদগী কংগ্রেস ৱার্কিং কমিটিগা বাপুজীগা পুকচেল তিন্নদরে। মরম অতুদগী বাপুজী কংগ্রেসকী থবকী শিকি অমা থাদোক্লম্মী।

কংগ্রেসকী ফমদগী শিকি অমগী শকক থাদোক্লবসু বাপুজী পুকনিংদা কংগ্রেসবু খুবৈ অমা ফাওবা থাদোকলমদে। হিরম খুদিংদা, থবক খুদিংদা বাপুজীগা ৱালান তান্নরমই। কংগ্রেসী পুন্নমক্না বাপুজী পাওতাক লৌরমই।

খৃঃ ১৯৩৬কী মমাংদদি ভারতকী কংগ্রেস চহিগী ফম্বসি অচৌ অচৌবা সহরদা ফম্বা ভাক্তা থোক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং খৃঃ ১৯৩৬তি লম্নাইদা ফম্বা তাখি। কৈজতুর খুন্দা কংগ্রেস ফমলমই।

ভারতকী খুলশিংগা কংগ্রেসকা মরি লৈননবা শিনথিবা ময়মনি। ফমথিবা সভাশুদা খুলগী মীশিংনা ভলন্টিয়ার ওইথি। লয়াই থয়াইগী চাউখৎনবা অয়াম্বা হিরমসু নৈনথি। বাবুজী কৈজ-পুরগী কংগ্রেস ফমবদা ভারতকী তরেং য়েকপা ফিরালবু খুরুম্বা হৌদোকলমই।

খৃঃ ১৯৩৮দা বাপুজীনা ভারত পুম্বা অহিংসা ধর্ম্ম শন্দোক্নবা ভারতকী নোংচুপ থংবা চিদাইদা লেঙলমই। নোংচুপ থংবা ভারতকী চিদাইসি পাঠান মুসলমানশিংগী লৈকমনি। পাঠান-শিংগী লুচিংবা খান আবদুল গফুরখানগা বাপুজীগা উনথি। নিপা অসি পুকচেল চাউবা জাতিবু হুংশিবা মহৈ হৈবা নিপা অমনি। মহাকসি বাপুজীগী অহিংসা নীতিবু নিংথিনা য়োক-খৎপা নিপানি। মাবু খ্বাইনা "ফ্রন্টিয়ার গান্ধী" হায়না খংনরি। হৌজিক মহাক পাকিস্থানগী কৈশুমশংদা লৈরি। অসিগুম্বা গান্ধী অনি তিন্নহুনা পাঠানগী খুল খুদিংদা কোইনা চৎতুনা "অহিংসা নীতি" শন্দোকলম্মী।

মতম অসিদা ইউরোপকী অনিশুবা লানজাওগী শকওং উৎলক্লে। অতিয়া পুম্বা লালগী মমিনা শন্দোকলমই। বৃটিশনা ভারত মচাশিংবু লান্দা য়াওনবা য়াম্না কন্না হোৎনরমই। বাপুজী মখোয়গী থবক অতু পামলমদে। অহিংসাগা হিংসাগা তিন্নবা বাপুজীনা শুকয়া য়ারমদে। কংগ্রেসসু বাপুজীগী মত অতুদা লৈরমই। সত্যাগ্রহী কাংবু কাংবুনা খুল খুল খুদিংদা "লেপ পাংবা অমদি মীনা লালগী তেংবাংলোইদোবনি" হায়না

শন্দোকলমই। আচার্য্য বিনোবা ভাবে অমসুং জহরলাল নেহরু অনিনা সত্যাগ্রহগী মকোক ওইদুনা হোৎনরমই বিনোবা ভাবে হায়বসি হৌজিক থুল থুলদা খোংনা চৎতুনা ঈনাক-খুনবশিংদগী লম নিরগা লাইরবা লম লৈজদবা লোমিদা লম য়েনলি। মহাকসি ব্রহ্মচারী অমনি। মতম অসিদা মৌলানা আজাদবু কৈগুম শংবা থমখি।

অসুমনা মতম খরা হৌখ্রে। মতুংদা ভারতকীদমক ব্লারেপ-নবগীদমক নিংথৌরেনগী পাউ পুবা ওইনা সারষ্টেফ ফোর্ড ক্রীপস ভারত্তা থুংলমই। মদুবু ক্রীপস মিশন ( The Cripfs Mission ) হায়না খংনখি। মহাক্না পুরকপা পাউদু কংগ্রেসনা য়ারমদে। মরমদুনা ক্রীপস থবক মহৈ য়ান্দনা ইংলণ্ডদা হনলমই।

খৃঃ ১৯৪২ গী আগষ্টকী তাং ৮ দা "আগষ্ট আন্দোলন" হৌখিরম্মী। "বৃটিশ ভারত থাদোকতুনা চৎখ্রো" হায়বা খোন-জেলনা ভারতপুম্বা থনখি। হায়রিবা আন্দোলনসিগী লুচিংবা বাপুজীনা ওইবিখি। বৃটিশ সরকারনা বাপুজীবু বন্দি থমখি। মাগা লোয়নননা ভারতকী নেতা লোইনা জেলদা ফাজিন্দুনা থমখি। মমানিংবা ভারত মচা পুন্নমক্না থৌদোকসিদা খোঞ্জেল থোক্না "করেঙ্গে ইয়া মরেঙ্গে" হায়না মকম খুদিংদা লাওখি।

অসুম্না ভারত্তা য়ামনা লাংইথৈদা অরাবা অমগী মথক্তা অরাবা অমা থোক্লমই। খৃঃ ১৯৪৩–৪৪ গী মনুংদা অকীবা ফংনা ভারত্তা চাক তাংখিরম্মী। সরকার অমসুং শেন্দোং

য়াম্না পাম্বা কাংবুশিংগা লৌতুনহনা ভারতসি চাক তাংহন-খিবনি। চানবা পোৎচৈদা তাংবা নত্তনা পোৎচৈ পুম্নমক লোইনা তাংলমই। সরকারনা লৌবুক্তা থোকচবা মহৈ মরোংশিংহ অয়াম্বা লৌশিন্দুনা সরকারগী কৈদা থমজিনখি। শেন্দোং য়ামনা পাম্বা, লাইরবগী ঈচুপ্প। হিংচাবশিংনা মাগী মাগী কৈদা য়ামন লৌশিন্দুন। পৈশিন্নরম্মী। খুদোং চাবা ফংহনা মমল তাংনা তাংনা য়োন্দুনা লাইরবা প্রজাগী ঈ চুপখি। মফম খুদিংদা চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈতহনা চাদবনা কাংবু কাংবু শিখি। লম্বীদা কনাগুম্বা অমনা অরেম্বা লুথাক খরদ, হুন্দোকপদা, লুথাকহ মুম্নবদা মকোক কায়নখি। মচা মখোয় পিথক পিথক্লা চাদবনা শিখিবা ভারত মুপী মশিং খিনবা ওয়খিদ্রে। ময়ুম-মকৈ থ দোরুতনা সহর সহরদা লাকহুনা ইনাকখুনবা কয়াগী কোম্বোংদা শিখি। চানিংঙাই লৈতহনা শিখিবা ভারত মচা কয়ানো হায়বহ শিংথাবদা য়াম্না য়ানা থোকখি।

খৃঃ ১৯৪৪ গী মে থাগী তাং ৬তা বাপুজী জেলদগী থাদোকলমই। মুংডাইত্রবা মতমসিদা বাপুজীগী পুন্দিগী লোইনবী কস্তুরী-বাই অমসুং মুংশিজত্রবা মহাক্কী সেক্রেটরী মহাদেব দেশাই অনিসি লাইরৈবাক তানখি। কৈগুম শংদগী থোরকপদা লৈবাক্কী অকিবা শকফমহ উবদা বাপুজী থরাই পূবা ওয়খিদে। মহাক্না লৈবাক্কী য়ারীবসি কোকত্রিবমথৈ চরাহেনগনি লেপখি। সমপ্রদায় মশেল পুনশিন্নবগীদমক্তা মুসলীমলীগকী অথোইবা নেতা মোহম্মদ আলি জিন্নাগা য়ারি য়াতাই তৌনখি। চয়োল

অছুম থম্লখি। জিন্নান। মুসলমানগী অতোপ্পা লৈবাক অমা শেমনিংবহ্ন ফজনা উংখি। লীগকী পুক্লিংদা সিন্দ, বেঙ্গল, পঞ্জাব, মখোয়গী লৈবাক ওইগনি হায়বসি চপ য়ুংনা থাজ-রমই। খৃঃ ১৯৪৫ নি। লর্ড ওয়াভেলনা ভারতকী গভর্ণর জেনেরেল ওইরমই। মহাকনা কংগ্রেসকী লুচিংবশিংবু জেলদগী থাদোক্লম্মী। মহাকনা সিমলা সহরদা বাপুজী, কংগ্রেসকী লুচিংবশিং অমস্তুং মুসলিম লী.গকী নেতাশিংবু বার্তোন তৌরম্মী। ভিন্নখিবা সভাহুদা শু'নখিবা রা পুন্নমক মৎং অমতা নিংথিনা থোকখিদে। মতমসিদা জেনেরেল ইলেকসন তৌরমই। লেবর পার্টিনা ( Labour Party ) টোরিস ( Tories Party ) বু মাইখিবা পিছনা মিঃ এটলিনা প্রাইম মিনিষ্টর ওইরমই। ভারতকী ফিবমসি হোংনবা মিঃ এটলিগী পার্টিনা ভারত্তা মন্ত্রি মিশর অমা খৃঃ ১৯৪৬ কী ফ্রেব্রুয়ারী তাং ১৯ দা দিল্লীদা লাক্লমই। মন্ত্রিমিশন্না বাপুজীবু দিল্লীদা লাকপিনবা বার্তোন পিজরমই। বাপুজী দিল্লীদা লাকতুনা য়াইথিবী খুল ভাল-মিকি ( Velmiki Colony ) দা লৈরমই। মফম অহুদা লৈহুনা বাপুজীনা হঙ্গৎ হন্দা লেংহুনা মন্ত্রিমিশনগী সভাদা য়াওরমই। ভারতকী হিন্দু মুসলমান পুনশিন্নবা হোৎনবা পুন্নমক মহৈ কয়া য়ানহিদে। মাগী মাগী কাংলুপ কন্না শেম্নখি। মিশন অহু ভারত্তা থা অছুমলোম লৈখি। লর্ড ওয়েভেলগী মহুত্তা লর্ড মাউন্ট বেটেন্না ভারতকী গভর্ণর জেনেরেল ওইখি। ভারতকী লুচিংবা মহাত্মা গান্ধী, জহরলাল, মহম্মদ জিন্নানচিংবা

কৌহনা ৱা আথোক-তাশিন তৌনখি। কংগ্রেস অমস্তুং মুসলিম লীগ অনিদগী অওম্বা লৌখৎতুনা মরক্কী সরকার অমা শেম্বা লেপ্পখি। মুসলিম লীগতি অন্থুগুম্বা গভর্ণমেণ্টহু বয়কোট তৌরমই কংগ্রেসকী অওম্বা তরেৎখকনা মন্ত্রি সভাহু শেম্মমই। সভাহুগী মকোক পণ্ডিত নেহরুনা ওইখি। খৃঃ ১৯৪৬কী সেপ্টেম্বরগী অহৌবা থাদগী ভারতকী লৈবাক ভাক্কবা মন্ত্রি তরেৎতুনা তৌখি।

মসলিম লীগকী কাংবু মহৈনা ঈরাং হৌনবা মৈরি চুখৎলকলে। ভারতকী মফম খুদিংদা লা'লমই। আগষ্টকী তাং ১৬ তা লীগকী লাল তৌগনি হায়না মতম যোংদোকলমই। মুমিৎ অসিদা কলিকাতাদা য়ৈনস্তুনবা অমস্তুং হাৎনবা হৌরকলমই। হিন্দু পাংগল লিশিং লিশিং থাংনা য়াম্নহুনা নোংমৈনা কাপ্পহুনা থরাই থানখি। য়ুমথোং খুদিংগী মী পুম্নমক থরাই খুবাক্তা হাপ্পরমই। গুন্দা কাংবু কাংবু লাকতুনা পাংগলনা হিন্দুগী ময়ুম মৈ থাহুনা লুটপাট তৌরমই। অমুক করি হায়গনি অঙাং, নুপী, অশোন অনা থাক্তনা হাৎলমই। হিন্দু গুন্দানস্তু পাঙল ময়ুমদা চংহুনা লম্মন শিংখি। অস্তুম্না নুমিৎ মরিনি চুপ্পা কলিকাতাদা নরমেধ যজ্ঞ তৌরমই।

বাপুজী মতমসিদা দিল্লীদা লৈরম্মী। মহাক্না কলিকাতাদা চৎনবা থৌরাং তৌরমই। তৌইগুম্বস্নং জহরলালনা বাপুজী লেংবহু য়ারমদে। মতমহুদা দিল্লীগী থবকস্তু পুমনোই লোইরমদ্রি। বাপুজী বেঙ্গলগী অরা অনা শোক্লিবা শিখ্রবা ময়ামগীদমক য়াম্না রারম্মী অমস্তুং মিৎলুদগী ঈরা চেম্থরম্মী।

সেপ্টেম্বর থাগী অ'হৌবা নুমিত্তা কংগ্রেসকী মকোকশিংনা ভারতকী লৈবাক ভাকপা খবক পুরমই। নুমিৎসিদা মখোয় পুন্নমক্না বাপুজীগী থুয়াগী উফুল লৌহুনা মকোকথক্তা হাপচ-রমই। অমসুং মমল য়ান্নবা আশীর্ব্বাদ ফংজরমই।

কলিকাতাগী মীহাৎ মওং অমা ওইনা লেপখি। মীপুম খুদিংমক লম্বী লমখাংদা চংনা খোৎনবা হৌরকলে। অদুমদি ওইরগা কাংলুপ অমনা কা'লুপ অমগী লমদা চংথোক চংশিন তৌ ক দি য়ামনা 'কনরমই। হংহৌদনা নয়াখালিদা অমুক তমথিনা মী হাৎনবা হৌরমই। খৃঃ ১৯৪৬ কী ওক্টোবরগী তাং ১০ দা মী ২০০০০ লোমনা মাগী মাগী কা'লুপকী মতেংনা বর্গমাইল ২০০ রোম শন্দে ক্না তকথাইনখি কাংলুপ কা'লুপকী মমিং চংলচংঙবা মীশিংনা মক্ষুংদা তেংকাংনখি। মীহাৎ মীপুনশিংগী থাও অমসুং খুৎলাই নিংথিনা পৈরম্মী। অসুম্না মফমদুগী কনাগুম্বা এমঃ এলঃ এলঃ অমনা মগাক্কী কাংলুপ্পু শাওহন্নবা ভার্বদগী থোকখিবনি। অকীবগী মীহাৎনি। মুপী অঙাং খাক-খিদরে হাৎনবদ, নত্তন' মঙুম মকৈ মৈ থাদোক্লখি। মুসলমান মরক্তা লৈবা মীশিং য়ামদবা বাঙ্গালি হিন্দু কয়া কয়া শা ভাদা চংপা লমচংতগী হেন্না শাথিনা তৌরমই। মুপী কয়াগী স্বতীত্ব মাংহনলমই। মীশিং য়া'মদবা জাতিশিংনা মাইকৈ খংদনা মথয়াই হিংনবা চেম্নখি। কয়া কয়া লম্বীগী চাকনিবা ওইহনখি। হিন্দু কয়া কয়া নমহুনা অতেপ্পা ধর্ম্মদা চংখিবা য়াওরমই।

বাপুজী দিল্লীদা ইংথনা লৈবা ওমলমদে। বাঙ্গলা লৈবাক্কী মরাল লৈত্রবী মুঙ্গা লিশিং লিশিংগী অন্নাবা পাউচ্চু তাবদা বাপুজী থম্মোই শোকলমই। মহাক্কা দিল্লী থাদোকতুনা নয়া খালি তম্না লেংখি।

অক্টোবরগী তাং ২৯ দা বাপুজী কলিকাতাদা থুংলমই। সোদপুর আশ্রমদা চয়োল অমা লৈরগা শ্রীযুৎ সতিশচন্দ্র দাসগুপ্ত, শ্রীমতি হেমপ্রভাদাসগুপ্ত অমসুং কংগ্রেসকী লুচিংবা খরগা লোয়নদুনা নয়াখালিদা লেংলমই। নবেম্বরগী তাং ৭দা বাপুজী চৌমুহানীদা থুংলমই।

মফম অসিদগী বাপুজী থবক পাইখৎলমই। বাপুজীনা খুত্তা চৈস্ত অমা পায়রগা খোংনা নয়াখালি জেলা পুমনমক লেংলকপা হৌরমই। মরাপ লৈবা মীবু মতিক চানা মরাল পীনবগীদমক বাপুজীনা লেবা নংলমদে। ফত্তবগী মতিক চাবা লম্মন খুম্নবা বাপুজীগী থাখলদা চংলমদে অমসুং থনমদে। অশোন অনা অন্না অনংবা মীবু কন্নবা হোৎনবনা বাপুজীগী অথোইবা ধর্ম্মান। ডাক্তর সুশীলা নায়ার বাপুজীগী তুংইন-লমই। ডাক্তরসিনা হিন্দু অমসুং মুসলমানশিংগী অনাবা মচাশিং মমল লোদনা য়েংলমই। কাংলুপ কাংলুপ থৎনচৈনবা অমসুং হাৎনবসি ভারত মচা ঐখোয়গী য়াম্না মাংখ্রবা পোৎনি হায়বসি খুল খুদিংদা বাপুজীনা শন্দোক্লমই। নয়াখালিদা লৈরিঙৈদা বাপুজীনা খুনথাং য়ৈদ্ধনা খোংনা লেংদুনা খুল খুদিংগী হন্নবা-হন্নবী মুপী-নহা অমসুং অঙাংশিং অন্নাবা উনরমই।

মখোয় ময়ামগী অরাবা ময়ামদু বারী শাখিরদুনা অরাবা মোক্রবা বাপুজীনা হোৎনখিরমই।

নয়াখালিগী মী হাৎনবা লোইরবদা বিহারদা লম্মগী মশক ওইনা মীহাৎ-মীপুন তৌরমই। পাউসি হেক তাবগা বাপুজী অপনবা তৌদনা বিহারদা লেংনবা শেমশারমই। খৃঃ ১৯৪৭ কী মার্চ তাং ২দা বাপুজীনা নয়াখালি থাদোক্লমই। গফুরখান ফ্রন্টিয়ার গান্ধীসু বিহার তান্না লাক্লমই। গান্ধী অনিনা বিহারগী খুল খুদিংদা লেংদুনা অশোকপা অরাবা তারবা মীশিং য়ামদবা মুসলমানশিংগী ফিবম য়েংলমই।

বিহারদা মতম খরা লৈরগা বাপুজী দিল্লীদা লেংলমই। মতম খরা লৈরগা কলিকাতাদা মী হাৎনবা হৌরমই। বাপুজী থুনা য়াংনা কলিকাতা তান্না লেংলমই। কলিকাতাদা হাৎনরিবা ফিবমশিংদু মিৎথৎনা উরদুনা বাপুজী থম্মোই শোক্লা থারমই য়াম্না শাথিনা হাৎনবা মফমদি কলিকাতাগী বেলেঘাটাদনি। মহাক্না মতম অদুগী মন্ত্রি মকোক সুহ্রাবর্দীগা লোয়ননা বেলেঘাটাদা লৈরমই। হাৎন-মুনরিবমথৈ চরা হেনগনি হায়দুনা বাপুজী চরা হেনলমই। চরা হেনবগী পাও হেক তানবদা মী হাৎপা গুণ্ডাশিংগী পুক্নিংদা অকিবা মুংশিনবা পোকনখি। অথাপ্পা য়াওদনা মী হাৎপা কাংবুশিংবু হিংসাগী থবক থাদোক্লমই। মখোয় মখোয়না লোয়্না থুপ্না থমনরবা খুৎসু খুৎলাই ময়াম পুথোক-নরকদুনা বাপুজী খুযাক্তা কৎলমই। মখোয় মশেল লাল অদুক হন্না তৌনররোই হায়না য়াশক্লমই। কলিকাতাগী

মী হাৎনবা তোক্লহনা ইংলবহন্দা বাপুজীস্ন খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১৪ দা চরা হেনবা তোক্লম্মী। হিন্দু মুসলমানশিংস্ন মচিন মনাওগুম লোয়নহনা মমাংঙৈগী মতৌগুম্না লুনা চান্না লৈমিন্নরম্মী।

খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্টকী তাং ১৫দা ইংরেজ সরকারনা ভারত মচাদা ভারতপু মনিংতম্বা পীবিরমই। ভারত অসি অনি থোকনা খাইদোক্লমই। হিন্দুষ্ঠান অমসুং পাকিষ্ঠান। বাঙ্গাল অমসুং পঞ্জাব লৈবাক অনিসি অনি অনি থোকনা খাইদোক্লম্মী। পাকিষ্টানগী লম্না নোংপোক বাঙ্গাল, নোংচুপ পঞ্জাব, সিন্ধু, বেলুচিস্থান, করাচি, ভাওয়ালপুর, খয়েরপুর অমসুং নর্থ ফ্রেন্টিয়ার প্রদেশ অসিনচিংবা। হিন্দুস্থান:— মনিপুর আসাম, নোংচুপ বেঙ্গল, বিহার, উরিষ্যা, থাথ'বা ভারত, বোম্বে, মাদ্রাস, উত্তর প্রদেশ, মধ্য প্রদেশ, হিমাচল প্রদেশ অমসুং নোংপোক পঞ্জাব অসিনচিংবা।

অঙকপনি! ভারতকী কুম্মৈ। বাঙ্গাল বিহার, ইংলবগী মতুংদা পঞ্জাবতা হিন্দু পাংগল অকীবা ফংনা হাৎনরম্মী। পঞ্জাবতগীনা হাৎনরকপনা দিল্লী ফাওবা য়াম্না শাথিনা হিন্দু পাংগল হাৎনরম্মী। পঞ্জাবতা বাপুজী লেংগে নিংলহনুদা দিল্লীগী অবস্থানা য়াত্রহনা দিল্লীগী বিড়লা ভবন্দা বাপুজী লৈরমই।

মুমিৎ খুদিংগী মুমিদাংবাইরমদা প্রার্থনা সভাদা বাপুজীনা নিংথি নিংথিবা মমল য়াম্নবা অহিংসাগী পাউতাক পীখিরমই।

সম্প্রদায় মশেল হাৎনস্নবা ত্তোক্লবা পাণ্ডত্যক বাপুজীনা পীতুনা হাৎনবা তোকনবা হোৎনরমই। অদু ফাওবা হাৎনস্নবা অমস্তং মুংশিনদবা নোংম নোংমগী হেনলকই। কাংলুপ অনিসি চান্নবগী দমত্তা বাপুজীনা বিড়লা ভবন্দা চয়া হেনবা হৌরমই। বাপুজীনা অরেপ্পা মতম কক্তনা চরা হেনখিবদা ভারতকী মীপুম খুদি মক তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্মরমদে। ভারতকী অচৌ-অচৌবা হিন্দু, পাংঙল্লনচিংবা লাক্ক অনিরোম পুন্দুনা শান্তি কর্তনা শোই তৌদুনা বপূজীদা কংশিনলমই। মতুদগী বাপূজী চরা হেনবা তোকখি। g.

ওম্থোকপনি। অঙকপনি! জগৎসিদা অসিগুম্বা মহাপুরুষকী যেকনবস্ত য়াওরমইদো। মহাক্কী রাখলতু মশাগী ওইজবা নত্তনা করম্বা সংসারগী পাঙ্গলনা পুংফম ক্ষেনফমদা মক হুনখিবা! ভারতকী অনি শুদ্রবা তাংলবা মহাপুরুষগী যেকনবা ওইদুনা চোংথোকলিবা কাংবু ভারতকী মন্থুংদা থোরকপা মীওইবগী ইতিহাসতা ময়েক লানা ইনবা কলম পাযখৎপদা হিন্দ্রীযানশিংনা মিত্তগী ঈরানা মুক ওইদুনা ইনরিবনি। বাপূজী চরা হেনবা তোকপগী নোংমা কোনবদা প্রাৎনা সভাদা লৈবমই মতমদুদা বোম অমা লংশিল্লমই। বোমতুনা বাপূজীদা থোইদোক্লা শোক্রমদে। বোমদু লংশিনবা নিপা অদুগী মমিং মদনলাল কৌরমই। মহাকপু পুলিসনা ফাদুনা জেলদা থনমই।

অঙকপনি! মীওইবগী রাখল। করিস্থু নৈত্রবা ঐগী, ঐগী হায়বা রাখলদা লুপতুনা নংমা হায়বা মিংথোল লৌশিন্দুনা

ফত্রবা থবক কয়া কয়া মীওইবনা তৌনরি। ঈশ্বরনা শেংখা মীওইবনি, ইবুংঙো মাগী মচা ঙাক্তনি। ঐখোয় পুমনমক মমা অমত্তনা পোকপা অমসুং মপা অমতনা য়োকপিবা মচানি হায়বসি তমথিরবা মতমগী খায়াত্তা কাওখোকহনলি। অত্তোনবা, অনংবা, অশোনবা অমসুং পাম্বৈ লৈজত্রবা লাইরবা মীওইববু মচিন মনাও মপা মচানি খনলিবা পূকচেল চাউথ্রবা মীথোই মীহেনবা ইবুংঙোহুগীসু মাংনবা খনবা মসু ভারত মাতাগী গর্ভদা পোকপসু য়াওরমই। লাইরবা ফি থু না শেংপা ফংদবা চরা নামতা চারবা ভারত মচাগীদমক কুম্থ কালেন নাইদনা মী অমদা থুংবা ফি মচেৎ অমদগী হেন্না শেংতরবা অমসুং ইচিন ইনাওগীদমক্তা হায়রুনা অরাবনা খাংদকপা পুকচেল মক্তবা বাপুজীগুম্বদি ভারত্তদি লায়রহুনা পৃথিবীদা তাংই। অয়িন অকন শিংনদনা ভারতকী অরাবা খাংবা ওম্বা বাপুজীগী পুন্স অত্তকপনি।

তমখিরবা ভারতকী লাইবক্তা কালিনা য়েকখিবা ফত্রবা জানুয়ারীগী তাং ৩০ হু লাকলমই। ভারতকী ডিপুটি প্রাইমা মিনিষ্টর সর্দ্দার বল্লভ ভাই পেটেলগা লোয়নহুনা বাপুজী পুংখাই অমরোম বিড়লা ভবন্দ রারী রাতাই শারমই। নুংথিল পুং ৫ তাবদা প্রার্থনা সভাদা বাপুজী লেংখোক্লমগ। থুং অনি লোম্নহুনা ঈশ্বরগা নাম শোন্দুনা মগুন্নুগী অনিগা লোইননা লেংখোরকপদা মাংদা ফত্রবা পাখং অমনা পুক্তা গুলি কাপথি। বাপুজী লৈমাইখক্তা হায়থরম্মী অমসুং জ্ঞান মাংলমই। কাপ্লিবা

নিপাদু ময়াম্না ফারমই। বাপুজী বিড়ম্না ভবন্দা পুশিনদুনা লাক্লরমই।

মুংথিল পুং ৫গা মিঃ ৪০দা বাপূজীগী থরাইগা হকচাংগা খায়নদুনা লাইরৈবাক্তা লেংখি। মাদেন অপুম্বদা খুদক ২ টৈলিনা শন্দোক্লমই। অতাবা পুম্নমক অহানবদা য়াম্না ঙক্ল-রমই। তশেংবা অওইবা খংনবদগী মিংলুদগী ঈরান। ঈচেল নাইনা চেনখি। পাওসি অতাবনা তাদবা মীদা ভারত পুম্বা শন্দোকপদগী হেন্না পৃথিবী পুম্বা শন্দোক্লমই। বাপুজী লৈত্রে তাবদা জগৎকী অচৌ অচৌবা মীপুম খুদিংমক তৌরম্বা শিনকম লেপতুনা কপখি। কবিমুক হায়গনি লরাই থরাই করিম্ক্ল খংদ্রবা অঙাং মচা ফাওবা মমিত্তা ঈরা চেনলমই।

বাপুজীবু গুলিনা কাপ্পা পাংখদু মারাঠ জাৎনি। মহাক্কী মমিং নাথুরাম বিনায়ক গডসে কৌই। মহাক ফাদুনা জেলদা থমলমই। মহাক্কী বিচার তৌদুনা ফাসিদা হাংখি।

জানুয়ারীগী তাং ৩০ ইরাই মুংথিলগী পুং ৫গা মিঃ ৪০দা বাপুজীনা মরাইবক থিরবা ভারত মচা পুম্বদা মতম কুইনগী বিদায় তৌরমই। থরাই য়াওদ্রবা পঞ্চভূততু থম্মা কান্নুদা অহিংচুম্না ঘীগী থাওমৈ থানলমই। গীতা বাইবল অমসুং কোরাণ পারমই। অহিংগী মুথক অনিগী তুংদা বাপুজীগী হকচাংদু যমুনাগী অশেংবা ঈশিংনা ঈরুজথোক্লমই। লৈনা ফমুং শাদুনা থক্তা মিং অনি উইশিন্দুনা লোংনা য়াত্তারমই। মরুপ মপাং মী কুনমুক্তা মাইকৈ মরিদা কোয়নম্না ফমদুনা

শংলমই। বাপুজীগী খোংদগী থজিন ফাওবা ভৌরবা শেংলবা খদ্দর ইনফি অমনা কুপশিনলমই। নিংথিরবা মুংশিরবা শুক-শমদা খদ্দরগী মালানা লৈতেংলমই। বিড়লা ভবন্দা ধুপ থাংমৈ অমসুং লৈ-তনা চিংবগী অশেংবা মনম্না থনলমই।

অয়ুক্কী পুং ৬তা বিড়লা ভবনগী থোং হেক হাংদোকপগা মী লিশিং লিশিংনা বাপুজীগী অরোইবা দর্শনগীদমক্তা অহিং চুপ্পা ঙাইহৌনা লৈরম্বা কাংবু ময়াম থেংনখি। ময়ামশু পরেং অমমম ওইনা লেংহৌনা অমমম অমমম ওইনা দর্শন তৌনবা চংলমই। ময়ামশু মমিত্তা ঈরা চেন্না চন্না বাপুজী দর্শন ফংজরম্মী।

অযুক্কী পুং ১১ তাবদা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি জহরলাল নেহরুনা মাইথোং মকশিন্না বাপুজী নাক্তা চংশিনলমই। নেহরুগী মাইথোংশু মিংলুদগী পিদনা পুমচোং চোংলমই। মাবু পোকপা মতিলাল নেহরু কাইনবদগী হেন্না ৱারমই।

অয়ুক্কী পুং ১১গা মিঃ ৪ঃদা বাপুজীগী হকচাংশু পিয়ারী-লাল, শাগৈ-নাতৈ অমসুং ভক্তশিংগা লোয়নননা ঈশিং লান্নিশিংগী মতেংনা লৈ-সুনা থল্লবা জহাজদা পুরমই। পণ্ডিত নেহরু, সর্দার পেটেল, সরোজিনী নাইডু, কলাম আজাদ, মন্ত্রিশিং মী য়াম্না তুংইনলমই। বাপুজীগী কুহু মপান্দা পুথোক্লকপদা মাইকৈ তরাদগী মোইবুং খোঞ্জেল অমসুং "মহাত্মা গান্ধীজীগী জয়" হায়বা খোঞ্জেলনা অতিয়াদা পুমনিল নিলখি। মতুংদা কাইরেল কাইজাওত্ত তপ্পা তপ্পা মীয়াম মরক্তা পুরমই অহুক

য়াম্না তিনখ্রবা মীয়াম অহুগী মরক্তা ইংলবা মুংশিরবা বাপুজীগী কাইরেল কাইজাওহুনা লৈতেংবহুদি মমাংদমু থোকখিদ্রি অমম্মুং তুংদমু থোক্লরোই। তাক্লবা নাইদনা মীপুম খুদিংমক্তা "মহাত্ম গান্ধীগী জয়" হায়বা খোঞ্জেন্দনা থনখি।

বাপুজীগী মংগুম্বদা হিন্দু, মুসলমান, শিখ, বেঙ্গলি, মাদ্রাজী, অসামী, বীহারী, উরিয়া অতোনবা জাৎ পুম্নমক শুন্না তিল-লমই। অঙাং মুপী মশিং নাইদনা তুংইনলমই। গুর্খা, পঞ্জাব নচিংবা ভারতকী লাম্মীশিংনা ঈশিং লাম্মীগী খুদোং চানবা শেমলমই। মাইকৈ, মাইকৈদগী চাইথরকপা লৈস্নুনা নোংচুবগুম চুথখি।

বাপুজীগী কুহু মেমোরিয়েল পার্ক লাম্থোকতুনা বীথি লমজাও চংশিনলকপদা মীয়াম্না লম্বীগী নাকল অনিদা হৌরিবা উপরেং-শিংহু পুময়োম য়োমখি। করিমুক হায়গনি উশিংদা কাখৎপদা নত্তুনা নিংথৌবেল মঙাশুবা জর্জগী মুংগী মূর্ত্তি থক্তা কাখৎ-তুনা বাপুজীগী অরোইবা খোংচৎহু মিৎ থিৎনা য়েংজখি। হাভিঞ্জ এভিনিউ লাম্থোকতুনা কুহু দিল্লী পার্কলোমদা চংশিন-লমই। মফমহুদা আর-আই-এ-এফ এরগী এরোপ্লেনশিংনা পাই-শিল্লকতুনা হম্না হম্না থোংথক্তগী লৈগী নোং চুথহনখি। মী পুম্নমক ভাইহাক্তংদি কীবনে, ওকপনে, মুংশিবনে তুমিন লৈনখি। কুংখ্রবা মীয়াম মরক্তা মুপীমচাশিংনা বাপুজীনা পামজবা ঈশৈ "রামধুন" শক্লমই, ফাদোকশং নাক্তা খ্বাইদগী হেন্না লৈ চাই-থরমই।

কুহু সুংথিলগী পুং ৪ মিঃ ২০দা রাজঘাট মোংফমদা থুংখি। পুং ৪ মিঃ ৩০দা শিং শেন্বা লোইখি। পোৎলোইবদা চা-চন্দান অকংবা মণ ১৫ ধুপ মণ ২ ঘি মণ ৪ য়ুবী মণ ১ অমসুং কর্পুর সের ১৫খক থোরাংলমই।

পুরোহিত রামধন শর্ম্মানা বৈদিক মন্ত্র খিখি। বাপুজীগী মচা রামদাস গান্ধীনা যজ্ঞগী থবক নিংথিনা লোইশিনখি। সুমিং তারমদাইগী মমাংদা বাপুজীগী হকচাং উৎ ওইখি। তিল্লিবা মী খুদিংমক্না "বাপুজী অমর হোগয়া" হায়না শোন্নখি।

বাপুজীগী সংস্কার তৌরিঙদা রাজঘাটতা ভারতকী বড়লাট লর্ড মাউন্ট বেটেন মহাক্কী মতু, মচান্নুপী, নেহরু, পেটেল, কালাম আজাদ পণ্ডিত···পান্দু—ডাঃ রাজেন্দ্রপ্রাসাদ হৌজিক্কী রাষ্ট্রাপতি, সরোজিনী নাইডু সর্দার বলদেবসিংহনচিংবা লাওখি।

আমেরিকা, গ্রেটব্রিটেন, জাপান, রাসিয়া, পারস্য, আরব, চীননচিংবা মফম খুদিংগী নিংথৌ, প্রধান মন্ত্রি লুচিংবশিং অমসুং পৃথিবীগী অফাওবা কবিশিংনা প্রধান মন্ত্রিদা টেলি তৌরকতুনা অরাবা ফোংদোক্লমই।

## বাপুজীগী নোংমগী থবক

(১) অয়ুক পুং ৪দা লেংখৎলি। চিন-য়া শেংবা, খোং খুৎ হাম্বা লোইরগা পুং ১ ধ্যান তৌই।

(২) ধ্যানগী মতুংদা গীতা অধ্যায় অনি পাঠ তৌই।

(৩) ঈশিং অশাবা গ্লাস অমদা থোইহি চামচ অনি য়াল্লগা ফাল্লি।

(৪) ভাস্থোরকপা মতমদা সুংশিং অশেংবা মফমদা হরাচাবা লেংই।

(৫) পুং ৫।।০তাবদা কমল্য নত্রগা, কিহোম নত্রগা চম্প্রা মহিন-চিংবা হৈ মহি গ্লাস অমা থকই।

(৬) পুং ১১তাবদা মনামশিং ফুৎলগা মপাং ছটাক অমগা য়াম আউন্স ৫ সোডা গ্রেন ৫ থুম খজিত্তংগা বিস্কুটকুম্না হৌবা ভগ অমা হামেং মখোম আউন্স ৮ মনা মশীংগী এনশাং খরস্থ য়াওনা হাই। চাবা লোইশল্লমদাইদা অঙ্গুর খরগা গ্লুকোজ খরগা লোইশিল্লি।

(৭) সুংথিল পুং ১ তাবদা য়ুবী মহী গ্লাস অমা থকই।

(৮) চারবা তুংদা পুক্তা লৈখোম থোক্সী।

(৯) মতুংদা চিঠি ইবা-পাবগী থবক পাইখৎলি।

(১০) সুংথিল পুং ২দগী ৫ ফাওবা অরাকপা মী উনৈ।

(১১) সুমিৎ তাত্রিতৈদা অয়ুক্কী চিঞ্জাক অতুগুম্না চাই, সুমিৎ তাখ্রবগী মতুংদদি করিমতা চা-থক্তে।

(১২) সুমিদাং পুং ৮দগী ৯ ফাওবগী মসুংদা চেপই।

(১৩) নিংথৌকাবা খুদিংগী মৌনব্রত [ রা ডাংদবা ] তৌই অমস্তুং চরা হেনলি।

(১৪) সুমিৎ খুদিংগী মতম কক্লা মোইথাপ নাই।

মথক্তা তাক্লিবা অসি বাপুজীনা নয়াখালিদা লেংলকপদা শিজিন্নরমই। মরক মরক্তা খরা হোংদোক হোংজিন তৌরবস্থ অয়াম্বদি অস্মুয়া বাপুজীনা তৌরমই।

# হকচাংগী মরমদা তাকপিরম্বা পাউতাকশিং

[১] হকচাং অসি ঈশ্বরগী মন্দিরনি।

[২] হকচাং অসি বৈজ্ঞানিকশিংনা শাবা নত্তে। মহৌশা লাই-রেম্বীনা শেমগৎলকতুনা ওইরকপনি।

[৩] লৈবাক (চিঙ্গাক) ঈশিং, মৈশা, নুংশিং অমসুং আকাস মণ্ডা অসি তরু, তরুনা থম্লবদি অনাবা অমত্তা চংলকপা ঙমলোই।

[৪] হিংননবা চাউ চ'ননবা হিংগন্নু।

[৫] ব্রহ্মচর্য্য (ফম্বী য়োকপা) গা মান্নবা পুক্নিং হকচাং ফগৎহনবা অতৈ পাম্বৈ লৈতে।

[৬] ঙম্বমথৈ হিদাক চাকন্নু। হিদাকা অনাবা য়েংবদি অমোৎপা পোৎ থিংজিন্দুনা থম্বনি।

[৭] সমুদ্রদা লুপতুনা শিখিবা মীদগী য়ুগী সমুদ্রদ। লুপ্তুনা শিখিবা মীশিংনা হেনখরে।

[৮] মহৌশা লাইরেম্বীনা হকচাংগী অমোৎপা শেংদোকপদা ত্তেংবাংগদবনি।

[৯] চারা হেনবনা খ্বাইদগী হোংলবা অমসুং ফরবা মহৌশাগী লাইয়েংনি।

[১০] চুরুট, বিড়ি, হিদাক্তি মংদা ফাওবা থকলুন্নু।

[১১] অনাববু লানগুম্না শোরুগদবা নত্তে। হৌরকফম থিরগা মুথৎকদৌবনি।

[১২] ঐ পৃথিবী পুম্নমক কোইরুরে। জাতি পুম্নমকী পাথৎ

লৈশাবী মশক উক্লরে। অরাবদি ভারতবাসীনা খ্বাইদগী হেন্না হকচাং ফত্তে।

[১৩] হুমিং খুদিংগী হুংশিং হুংশ। লাংবা মফমদা হরা চারগা হকচাং নাদয়েক্তনা থম্বা ওমগনি।

[১৪] লাইয়েং পুন্নমক অনাবা ফবা ওমত্রবদা রামনাম জপ তৌরগা ফবা লাইনা ইশামক চাং কয়ামকম য়েংথরে।

[১৫] স্যাচর পেথিনা য়েংবা লাংয়েংদি হকচাংগী জীবনী শক্তি য়োকত্তুনা থম্মী। শমুদ্রুগী ঈশিং রাত্তবগুম লাইয়েংবগী শক্তি করিমত্তা রাত্তে। তৌইগুম্মসুং ঈশিং হোন্নবা পাত্রনা হোন্নবদা ঈশিং হোনবা য়াদবগুমনা মশাগী জীবনী শক্তি রাৎপা মীদদি অনাবা ফহনবা ওমদে।

[১৬] অনাববু লাইয়েংগদবা নত্তে, নারিবা মীবু লাইয়েংহনগদবনি।

[১৭] ইশা ইশানা ইশাগী অরানবা ফারগা চুমথোক্কদবনি। মীবু চুমথোকহল্লোইদবনি।

[১৮] মবুক ফবা, সাধু ওইবা মীবু ডাক্তর মাইবনি খল্দুনা অনাবা য়েংহনগদবনি।

[১৯] ওন্নমখৈ ইশানা ইশাগী ডাক্তর ওইনবা হোৎনগদবনি।

[২০] কীগনবা মীদি শিত্রিঙৈদা মথন্তনা মথন্তবু লাক্লজে।

[২১] হকচাং অ'স ফংওমদনা ফংবানি। হকচাংগী মপু ঈশ্বর মশক থংনবা মহাক্কী য়াথং ইন্নবা হেৎনগদবনি।

লোইরবা



| | | | |
|---|---|---|---|
| থম্বালম্নু— | ১॥০ | মাইমু:পমচা— | ১। ০ |
| শামুখোংয়েংপা— | ১।০ | হাওরংলৈশংশাকবী— | ১॥০ |
| চিত্রাঙ্গদা— | ১॥০ | লাইবকচাওবী— | ১।০ |
| মরুপ অনি— | ১॥০ | চীংয়া-তময়া— | ১৲ |
| লবঙ্গলতা— | ১৸০ | য়াইখিংকোম্নু— | ২৲ |
| শ্রীকৃষ্ণ বাল্য লীলা— | ১৲ | নুংশি চিঠি— | ১৲ |
| হিন্দী লোরবা লাইরিক— | ১।০ | মহাভারত— | ১.৪ |
| জ্যোতিষ-বিজ্ঞান— | ১।০ | থাদে কপা— | ১।০ |
| রামায়ণ— | ৸০ | ব্রহ্মচার্য্যা— | ১॥০ |
| চিঙ্গাক ১বা শরুক— | ১॥০ | চিঙ্গাক ২বা শরুক— | ১। ০ |
| শ্রীমদ্ভাগবদ গীতা— | ৫৲ | সারসংগ্রহ— | ১।০ |
| শিদহিদাক— | ১॥০ | অঙাংয়োকপা— | ১৲ |
| গোপালসহস্রনাম— | ১৲ | লম্মিৎলোন— | ১॥০ |
| বিজয়পঞ্চালি— | ২॥০ | মনিপুর ইতিহাস— | ৩৲ |
| রাম কৃষ্ণনা অম্নুম্না হায়রমই- | ।০ | রামপঞ্চধ্যায়— | ২৲ |
| গীতগোবিন্দ— | ৪৲ | পামহৈবা— | ১।০ |
| হাওব-কোম্নু শৈরেং— | ১৲ | ঐগী রারেং— | ১॥০ |
| পুন্সিরোল তাকপা— | ১৸০ | তেংবানবা অমম্নুং লাইপাউ— | ১॥০ |
| নরত্তোম ঠাকুর— | ১॥০ | বৈষ্ণব-ইতিহাস— | ২॥০ |
| রারডাইরি— | ১৲ | লাং শুনবা— | ১।৫ |
| আমৃত গীতা— | ১৲ | লাইয়েং লাইরিক— | ১॥৵০ |
| মৈতৈ খুপাই— | ১॥০ | পারিজাৎ লৈরাং— | ১ ০ |
| নরত্তোমদাসকী প্রার্থনা— | ১৸০ | থাবল্লৈ— | ১৵০ |
| চানক্য শ্লোক— | ৷৹ | জ্যোতিষ চিন্তামণি অহান্বা— | ৸০ |
| জ্যোতিষ চিন্তামণি ২ব— | ।৵০ | হিন্দী অহানবা— | ।০ |
| গান্ধীবাদ— | ৵০ | কংসবোধ— | ৩৲ |
| ভাগ্যচন্দ্র— | ২৲ | নরসিংহ— | ১॥০ |

# লাই-খুলদিল লালুপ

(A sort of a national festival—religious and philosophical congregation )



টি, বোকুল

কৈশাম্পাৎ, ইম্ফাল